চান্নরবা মরুপশিংগী মফমদা
ঐহাক্না "মীরাবাঈ"
কচ্চরি।

# ৱাহৈ অমা অনিদং

ঐগী মপুং ফাত্রবা ৱাহৈ-ৱাতানা ইজবা "মৈৱাবাঈ" হায়বা লাইৱিক মচা অসি ইননবগী অহানব ৱাথনগী লংজিন পুথোকপিখিবা কুমারী খাইদেম প্রমোদিনীনি। মহাক্না মাগী খোমজিনবা ৱারেং অমদা হাপকনি, মৈৱাগী ৱারেং মচা অমতং ইয়ু হায়বদগী ঐনা মৈৱাগী মরমদা ইবা লাইৱিক খরা নৈনজরগা ময়েক শুম্রবা লোন্দা ঐগী "মৈৱাবাঈ" হায়বা লাইৱিক মচা অসি ইজবনি।

থোইদোক-হেন্দোক্না ইকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা, জোনষ্টোন হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর শ্রীচিঙাংবম কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা মৈৱাগী ফজরবা, ভাক্তগী রসনা থল্লবা, লাইৱিক অসিগী অরোইবা শরুক্তা য়াওরবা হিন্দীগী ইশৈ খরা অসি ইমাশোন্দা মপুং ফানা অর্থ হন্দোকপতুনা মীপুমতিংনা খংহনবিখি।

ডিঃ এমঃ কলেজগী প্রোফেসর শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহন্না লাইৱিক অসিগী মরমদা অচৌবা শরুক কয়া লৌবিখি। ভদ্রলোক অসিনা ৱাহৈ-ৱাতা ফজদব অমস্যুং শাবদা শুংঙাহনবা কয়াস্যু শেমদোকপিখি।

অরোইবদা মপু ওইনা শরুক য়াবিরবাদি ঐগী লাইৱিক ফোঙবিরিবা ওঃ কেঃ ষ্টোরনি। ষ্টোর অসিনা অসিগুম্বা Text-Book নত্তবা মণিপুরী লোনগী লাইৱিক কয়াস্যু ফোংবিখ্রবনি,মতুংদস্যু ফোংবিরকখিগনি হায়না আশা তৌজে।

"মীরাবাঈ" হায়বা লাইরিক মচা অসিমা ইরুধদা মতেং পীবিরিবা ভদ্রমহিলা অমসুং ভদ্রলোকশিং অসিগী মকমদা ঐনা লমন কয়া তোয়বনি ।

ঐগী অয়োইবা য়াহৈ তমতংনা লাইরিক অসিগী মনুংদা দোষ কয়াসু য়াওরবা য়াই ; অহুবু অহুগুম্বা অয়াল অহৈ পূময়ক অহুবু তুং ওইননা থম্বিরগ, মীরানা ঈশ্বরদা লৈজবা মক্তব্রা ভক্তিগী রস অহৃতবু চাংপায়ু হায়জরি ।

---

শ্রীথোইবী দেবী ।

# ৱাহৌদোক

নোংপোক অমস্তুং নোংচুপকী লমশিং অসিদা ধর্ম্মগী মরীদা পোখাবা লৈতনা য়েংনরি। পৃথিবীগী মনু দা জ্ঞানগী হৌরককম য়ুক্সম ওইরবা ভারতস্তু মতমগী খোঙচং অসিদা য়াওরক্লি। মী অয়াম্বনা ধর্ম্মগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মত কয়ামরুম কোংদোক্লরি, চিংনবা পোক্লরি, অনৌবা আশা অমগীদমক থৌরাংনরি অমস্তুং মথোয়গী শোক্লবা থম্মোইদা অনৌবা পাঙ্গল পাম্মী।

মহাদেশ মঙা অসিদা ধর্ম্মগী মরমদা অঙকপা কংনা মত খেন্নরক্লি। ভারতমক্তদগু মনিংতম্বা কংলম কংকাত্রিঙৈদা ইমাগী চুংশিনবা মচাশিং, হিন্দু অমস্তুং মুসলমান অনিগী মরক্তা ধর্ম্মগী মরীদা খেন্নবা মত থোক্লক্লি। নো চুপলোমদনা য়িহুদী অমস্তুং নেগ্রোশংবু হন্থবা নিংথয়েংনা য়েংবিরি। অস্নুনা অকিবগী মশক ওইরবা ধর্ম্মগী মরমদা মত খেন্নবা অসি সম্প্রদায়শিংগী মস্কুংদা ধর্ম্মগী মরক্তা অমস্তুং জাতিশিংগী মরক্তা কয়ারক হন্না থোকশ্রবনি।

পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা মীওইবগী ৱাখল অসি লৈতা-ত্রবা মতম অসিদা ঐখোয়না ৱাফম অসিমতং খঙবদা খ্বর খজিক্তং চনিঙতানা হোন্থবা ঙমগনি মহুদি; জ্ঞান লৈরবা মহাত্মা কয়ানা চুংগী লাকদৌরিবা লম্বীগী লমজিং পীবা ওইনা অনৌবা আশা অমগী মৈরা পায়হনা ঙংলি। চুম্নবা ৱাফম

অসিগী সক্ষিপ্ত ইতিহাসনা ওইরি। জগৎ অসিদা ঈশ্বরগী পউম ফংপ্রবা মহাত্মা কয়া পোকখ্রে, মখোয়গী শাস্ত্রগী শকফম ওহরবা পুস্তিনা অমসুং থোজ্জাল হৈবগী পুকচেল্লা ঈশ্বর ফংলবা পুস্তিগী সাক্ষি ওইবা হায়রিবা পুক্নিংগী থৌনা লৈরবা মহাত্মাশিং অসিগী মনুংদা ঈশ্বরগী প্রেমতবু শকচরবী ভারতনা ইকাইখুম্নরবী মীরাবাই অমনি।

ভারতকী য়ুমথোঙ থুদংদা মীরাগী মমিং শেংলবি, হিমালয়দগী কুমারিকা অন্তারপ ফাওবদা লৈরিবা হিন্দুগী লাইশঙ অয়াম্বদা মীরাগী ভজন শরুর, অদুবু ঐখোয়না ওসি ফাওবা মীরাগী মরমদা খঙবদি, মহাক অসি মতম অমদা চিতোরগী রাণী ওইরম্মিনী, শ্রীহরিবু ফংজনিংবনা মসা কোন্নুংগী লুংডাইরবা রাজ বৈভব পুম্নমক থাদোক্লুনা কোয়না চৎপী লাইনিংবী ওইনা থিনি হায়বা অসিদগী তম্না খঙনদ্রি।

মাতু পাদবী ইমানি, কয়াদা ইনাক খুনখ্রবনে ভারত ইমাসে! সিন্ধু তুরেনগী তম্পাকী সভ্যতানা ভারতকী সভ্যতাগী অহানবা ফাওরকপা মতাম্নি হায়বসি ইতিহাস কয়ানা য়েৎনবা লৈতনা য়ানরবান। আসগুম্বা লিরবা সভ্যতা অসিদগী হোরকনা কুনশুবা শতাব্দী অসি ফাওবদা চহি লিশিং তরুক্লোম্মি। হায়রিমা শতাব্দীশিং অসিগী মনুংদা

ঈশ্বরবু সেবা তৌজবদা অমদি মী-ওইবগী সেবাদা মপুন্সি কখোকচখ্রবা হুপা, হুপী কয়াম্ পোকখ্রে। যোগী, ঋষি, সাধু বৈষ্ণব কয়াম্ ঐখোয়গী লিরব: লৈবাক অসিদা শতাব্দী থুদিংগী তত্তন য়াওরক্লি। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী ভক্তশিংগী মরক্তা মীরাম্ ইবুংঙো মহাক্কী অখোইবা ভক্ত অমনি।

মীরাগী পোকপা অমস্তুং শিখিবগী থাঙ্গৈশেংবা তারিখকী মরমদা হোৎজক ফাওবা রাজপুতকী ইতিহাসতা পণ্ডিত কয়ানা য়েংনরি। অদুগা মীরানা লৈরম্বদি তরা-তরুকশুবা শতাব্দীদনি।

শতাব্দী মরিরোমগী মতমদা মিরাড়গী থুঙ্গং মচা অমদা পোকখিবীনি, ভারত ইমাগী তপাক্তা চাউজরকপীনি। মহাক্কী ইশৈশেদি আত্ম-জ্ঞানগী মঙালগা অমতা ওইনা চুশিন্নরবানি অমস্তুং ভক্তিগী রসনা থল্লবনি। লাইনিংবী অসিগী পুন্সিদি সমত্রুগী ঈশিংদগী হেন্না শেংলবীনি, মহাক্কী থম্মোইদি অয়োবা থাক্কী ভক্তিগী তুংনফম্নি। ঈশ্বরগী মঙাল ফংলবা মহাত্মা অমনা হায়রি "ঈশ্বরগী ভক্ত-শিংদি ঙাল্লিবা মঙাম্নি।" হিমালয়দগী কুমারিকা অস্তারপ ফাওবা, কলিকাতাদগী কারাচী ফাওবা মী অয়াম্বগী থম্মোইদা মীরানা মতম পুম্নমক্তা "ঙাল্লিবা মঙাল" ওইরি, মহাক্কী মঙানগী অথুপ্পা মওংদি ভক্তিনি, শ্রীকৃষ্ণদা লৈজবা ভক্তিনি।

রাজস্থানদা, সৌরাষ্ট্রদা অমসুং অরাং খংবা ভারততা হৌজিক ফাওবা মীরাগী ইশৈ শক্করি। মহাক্কী মরু ওইবা ইশৈশিগী মপুং ওইবা সুরদি :—

"হে, ইবুঙ্গো! নংঙোন্দা পুম্নমক কথোকচরবনি।
ঐগী লৈজবা পুম্নমক, কথোকচরবনি।
ইবুংঙো নঙগা নংমদা।"

মীরাগা ইশৈশিং মগুন্দ অগুক্কী মতিক কনখ্রে, মতু তারগা মীওইবগা খম্নোইবু ইরাং হৌহল্লি অমসুং অনৌবা ময়োল চোংহল্লি। মীরাসু "রাজপুতানাগী ইশে শকপী হৈবীন" হায়বা রাকম অাসদা করি অমতা য়েংনকম লৈতে।

মীরা অমসুং সুরদাস, মতম অমুগী হিন্দীগী বৈষ্ণব কবিনি হায়বসি মখোয়গী সুংশিজরবা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী গুণতবু শকচবা ভক্তশিংনি।

ভক্তি কারনো? সুংশিবা। মীরাগী ভক্তিদি গোপী প্রেম্নি হায়বদি গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু সুংশিজবা অমুগুম্না মীরাসু মহাক্কা গিরিধারীবু সুংশিজবনি। সুমিৎ-লৈনা সুমিত্তা মায়থোং ওনশিনবগুম মীরাসু মাগী "সুংশিবগী মকমদা ওনশিল্লবনি। মীওইবগী পুন্সিদা কর্ম্মগী মফম লৈ হায়বা অসিসু অচুম্বনি অমুবু ভক্তি য়াওদবা কর্ম্মনা করি তৌগনি? অসুম্না হায়রি, লৌ-উবা সুপা অমনা

হুমিং চুপ্পা মহাক্কী লৌবুক্তা ঈশিং চাই, তৌইগুম্বনুং ঈশিং মরিক অমা ফাওবা লৌবুক্তা চঙদে, মরমদি অহোবদা ঈশিং পুল্লমক অত্থ চেম্থখি। অসুন্না মীওইবগী থম্মোইদা নুংশিবা হায়বা অসিবু য়াওত্রবদি মহাক্না তৌজরুরিবা সেবা নত্রগা তৌজরুরিবা থবক অত্থগী মহয়স্থ অরেম্বদা মাওই। তুলশি দাসনা য়াম্না শেংনা হায়রি, পাপকী মরূদি নপম্নিং নাপনবু। থুদেক্লবা হিদাক্তি নুংশিবনি হায়বদি প্রেমনি। অশেংবা পুন্সিগী মরূদি ভক্তিনি দত্রগা নুংশিবনি।

মূর্ত্তিবু পূজা তৌরগা ঈশ্বর ফংবা হায়বা অসি মীওইবশিংগী মরক্তা য়াম্না তাঙনা থোকপনি। অত্থবু মীরাদি শ্রীকৃষ্ণবু মাহাক্কী ঈশ্বরনি হায়না নিঙজখিবনি, গিরিধারীগী মূর্ত্তিবু পূজা তৌজরগা ঈশ্বরগা অমতা ওইনা তিনশিন্নখিবনি। মীরাদদি ঈশ্বর হায়বা অসি থাপ্পা লৈথ্রবা থরাম্মিচাক্লবা নত্তে, মঙোন্দদি মবুং মপরাগুম্নবা; মরূপকুম্নবা মহাক্কী "নুংশিথোইরবা" ভক্তশিংবু চানবিবা অমসুং হুমিংনা পৃথিবীদা মঙাল য়েনবগুম "মহাক্কী" নুংশিবগী মঙানম্থ মীপুম তিংনা য়েল্লিবা মপুনি।

ভারতকী মী অয়াম্বা শ্রীকৃষ্ণবু নিঙজবা ভাক্তনি; ইবুংঙো মহাক্কী ভক্তনি। কৃষ্ণদা অমসুং মহাক্কী বাণীদা মখোয়গী পুন্সিগী পোত্থাকম ওইজরিবনি। ভারতবাসীশিংদি

অয়াবনা ঈশ্বরবু থাজবনি অহুগা মখোয় মশামক্তদি ঈশ্বর থাক্তরে হায়বহু খরা য়াওই। অদুবু ভারতকী আত্মাদি ঈশ্বরগীদমক্তা খোৱাংব ন অমস্তুং জগৎকী মপু ওইরবা ইবু ঙো মহাকী বাণীতবু ঙাইজবনি; মসিগী মমিস্ত সাধুশিংগী অমস্তুং গুরুশিংগী পাউ-তাক্তা তারি। ধর্ম্ম পূন্নমক্তী লাইরিকশিংনা অমদি ঈশ্বরগী মঙাল ফংলবা মহাত্মাশিং, ঋষিশিং কবিশিং অমস্তুং ধর্ম্ম শন্দোকপাশিংগী পাউতাকশিংনস্ত প্রমাণ ওঙার। ভারত বাসীশিংগী মপা মপু-শিংগী খোঙচত্তগী খোঙকম হোংন চৎপ্রবা মীশিং অসি ইমাগী অশেংবা মচাশিং অমস্তুং ইমাগী আত্মা চেল্লবাশিং অসিনা নোংমাদ শোয়দন। ভারতকী খোঙচৎ অসিদা চিংশিল্লকখিগনি।

থম্মোইনা কৃষ্ণগা ৱারী শানরবা ভক্তাশিং অহুনা ধর্ম্মগী লাইরিক্তা য়াওরিবা কৃষ্ণগী ৱাহৈশিং অহু তারগা মখোয়গী পুান্স অহুবু ভালহল্লি। ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা কৃষ্ণবু অস্তুম্না হায়ার, পাপ চেল্লবা, নরক্তা তারবা অমস্তুং ময়াম্না হুন্দোকপিরবা অহুগুম্ব তোল্লবা জীরবাশিং অহুগী মমিস্তগী মাপ তৈথোকপি; অদুগা মখোয়গী থম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন্দা প্রেম অমস্তুং দয়াগী মুক্তি ওইরিব. কৃষ্ণ অদুবু উনা ফংই। মতৌ অস্তুম্না পাপ চেল্লবা, মরাল লঙজরবা অমস্তুং পুন্সিগী নিয়ম থুগাইবগী মরালস্ত লৈরবা অদুগুম্বা জীব পুন্নমকপু

মখোয়গী পাপশিং অহু লৈন-লৈন মুংশিবী হায়বা ঈশ্বর অহুগী দর্শন কংজবা ওন্মী। ঈশ্বরবু থওলকপগী অসিগুম্বা মতম অসিদা ঐখোয়না মুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউই, ইশা পান্দুনা য়াংলবা স্বর্গদা পাইথংলি অমসুং ঈশ্বর মাগী মমিংবু খোঞ্জেল য়াংনা শোঞ্জে।

মীরাগী ইশৈদ মহাক্কী মবুংঙো শ্রীহরিগা অমতা ওইনা তিনশিন্নিংবগী খোয়াংলবা থম্মোইগী খোঞ্জেল্লি। মীরানা শক্লি, —

"হে, মুংশিখোইরবা!

নহাক্কী মুংশিবনা কংলবা ঐগী থম্মোইনি,

চৈনাখোল ফংলবা ঐগী থম্মোইবু, কনা-না লায়েংবিগনি?

য়ারেদকো! ঐহাক্তি, নঙবু উানংবগী মৈচাক্তা,

নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি;

নহাক্কী দমক্তা কপচরিবী ঐহাক্লি,

নহাকপু নঙনা, ঐগী থম্মোইগী লাইনাবু,

কনাম্ন লৈতে কোকহনবিংবা!

অঙকপা ফংনা কজরবা কবিতা অমদা ঈশ্বরগী মঙাল ফংলবা ইরানগী কবি অমনা মাগী থম্মোইগী খোয়াংবা অহু মথাগী শৈরেং অসিদা ফোংদোকখি, ভাব অসিমক মীরাসু মাগী ইশৈ কয়ামুক্তা ফোংদোকখি :—

মহাক্না হংলম্মী—ঐগী থোঙদা লৈরিবা কনানো
ঐনা থুন্নম্মী—নঙগী ভোল্লবা ননাইনি।

„ নঙগী করি থবক লৈবগে?
„ ইবুংঙো! নঙবু মুংশিজবনি।
„ নঙনা কয়া কুইন থোঙজিন্দ. লেপকনি?
„ নঙনা ঐবু কৌবিরক্তিবা কাওবা।
„ নঙনা মুংশিবগী করি থুদম পীগনি?
„ নংবু মুংজিজবদা,
„ থাদোকচরে পুন্নমক,—
„ ইনিং তম্ব', শক্তি, সংসারগী লন-থুন,
„ কজবা অমম্পুং পুন্সিগী মুংঙাইবা পুন্নমক!
„ করি থুদম লৈবগে?
„ ঐগী ইমিত্তা তারিবা পি অসিনি।
„ ঐতোন্দগী করি পাম্মী?
„ নহাক্কী থৌজাল অমম্পুং মুংশিবা
„ নঙবু মকম অসিদা কনা—না কৌরকপনো?
„ নহাক্কী নমিংগী পুক্নিং হুনা মুংশিবনা।

মীরানা কোয়না চত্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু থিজবগী রারীদি। অতাবা মীগী থম্মোই হু ওরকম্নি। মীরাগী আত্মানা ঈশ্বরতবু থৌরাংজবনি অমম্পুং ইবুংঙো মহাক্কী বাণীতবু ঙাইজবনি।

হৌজিক্তি মীরানা থাঙ্গৎশেনা থঙলে মতুদি, ঈশ্বর ফংগে হায়রবদি সংসারগী নাপল পূম্নমক থাদোক্লদবনি। মীরানা অধ্যাত্মিক পুন্সিগী অথোইবা পাড়া—পূম্নমক ত্যাগ তৌবা হায়বসি য়াম্না ফজনা তম্লে। মহাক্না (১) কোন্থুংগী মুংঙাইবা (২) জগৎকী ওইরবা ইকায় খুম্নবা (৩) অহংকার, মাঙহন্জরে। সংসারগী পোৎ পূম্নমক অসিবু থাদোক্লম্লগ মহাক্না মক্কম থুদিংদা কোয়রি মাগী থম্মোইনা কৃষ্ণবু থিরি। অশেংবা পুন্সি হায়বা অসিদি 'ত্যাগতা" লৈবনি। 'ত্যাগ" তৌবা ওম্বগী রাখল অসিদি অস্নুম্না পোক্লকপনি জগৎকী পোৎ পূম্নমক অসি ঙৈহাক্তগীনি, লেঙদনা লৈহৌরিবদি ":মহাক্তনি" অদুগা "থবক" পূম্নমক অসিগ্ন ভক্তি য়াওত্রবনি, প্রেম অমস্তুং দয়াগী মশক ওইত্রবনি মমল য়াওদে।

মপাম্থোংদা উৎলিব: স'সার অসিনা মীরাবু চিংশিনবা ঙমদ্রে। সংসার অসিনা মী ওইবগা অমস্তুং ঈশ্বরগী মঙানগগী মরক্তা থায়রিবা য়ুথর্ল অমা ওইরি। হৌজিক্তি মায়থল অসিনা মীরাদদি মিংশেল ওইরবনি, মিংশেল অসিদা মীরানা মাগী মুংশিথোইরবগী মঙাল অদু ঊবা ফংলে। মীরাদি হৌজিক পূম্নমক থাদোকপা ঙম্নবনি, অরাংবা থাক্তী "ত্যাগ" মশাবু থাদোকচবা ঙম্নবনি। মহাক্তী থম্মোই অসি পূম্নহাঙ-হাঙলবনি, থাদোকপনা শেংদোক্লবনি, কৃষ্ণগী প্রেমতনা

থল্লবনি। মীরাদি ঈশ্বরগী মঙাল্দা ঙাল্লবনি, মঙাল অত্থুদা লৈরবনি। মহাক্তি হৌজিক কৃষ্ণগী জগত্তা চঙলবনি, কৃষ্ণগা অমতা ওইনা লৈমিন্নথ্রবনি গোপীশিংগী জগত্তা য়াওরবনি। মীরানা কৃষ্ণদা মাগী সংসার উরি, মীরানা মহাক্কী মুংশিং-থোইরববু মকম পুন্নমক্তা উরি।

হৌজিক্তি মীরা কোয়না চত্রেঃ মহাক্না কোয়না থিজরিবা অত্থু ফংলে।

কোয়না চৎলবা মতুংদা মীরানা মাগী থম্মোইনা মুংশিজরবা মবুংঙোগা য়ারী শাজবা ফংলে। লাইশঙ থুদিং কোয়হুনা ইবুংঙো মাবু থিজরুবগী থোইনা কাম্রে। "লম্বী অত্থুদি" মহাক্না হায়রি, "কৃষ্ণগী থুয়া থম্বালদা শেংলবা মমিং অত্থুবু মুংশিনা শকচবা হায়বা অসিনি" মীরানা মুন্না থঙলে মহাদ. জগৎ অমম্থুং সংসারগী নাপল পুন্নমক্তি লোয়না চৎখ্রে, মহাকা লৈমিন্নহৌরিবদি মাগী "চান্নখোইরবতা মঙাই-হৌরে।

"লেহৌরিবদি অমতনি,ময়াম পুন্নমক্তি ওনখ্রে অমম্থুং চৎখ্রেঃ স্বর্গগী মঙাল্দ মতমচুপ্পা ঙাল্লি, পৃথিবীগী মঙাল্দি পাইখ্রে।"

জগৎ অসিগা মমুংদা মী থরঙনা মুংঙাইবা ওম্বা মমুংঙাই অত্থু মীরাসু কংলি, মরমদি লৈহাকী ওইরবা সংসার অসিদসু কৃষ্ণ লৈ হায়বা অসি মীরানা থঙবা ওম্রে। মীরানা

মনি-মুক্তা, সনা-লুপা পুম্নমক থাদোক্লগা থরাম্মিচাকশিংদা য়েংলগা হায়রি, থরাম্মিচাকশিং অসিনা ঐগী মনি-মুক্তানি ! “মীরাগী থম্মোইদা মুংঙাইবগী ওমথৈ লৈত্রে মরমদি মাগী মবুংঙোগী মায়থোংবু উজরবনি অমসুং মবুংঙোগী মমিংবু মরায়বক্তা নমজরবনি ! হৌজিক্তি মুংঙাইবগী মপান নাইত্রে ।

মীরাগী সেবাগী লম্বীদি লাউখোদুনা মীয়াম্বু তাহনবা নত্তে, অতোপ্পা সম্প্রদায়শিংগা মরৈ য়েংনদুনা থংনবসু নত্তে। মাগী সেবাগী লম্বীদি কীর্ত্তন্নি,—ইবুংঙো মহাক্কী নামতবু শক-শোঙ্গবনি ! মহাক্কী কীর্ত্তন্দি কৃষ্ণগী গুণতবু থাজবনি,মহাক্কী মুংশিবতবু ক্ষোংদোকচবনি,করিগুম্বা সম্প্রাদায় নত্রগা নীতি অমগী মথা পোনবা নত্তে। মীরানা মাগী কীর্ত্তন্দা তত্তনা লাউরি, “কৃষ্ণগী তূং ইঙ্গো !” কীর্ত্তন্দা মহাক্না ঈশ্বরগী থুপ্পবা তত্ত্ব য়ানা চঙশিল্লি অমসুং ইবুংঙো মাগী প্রেমগী ইপাক্তা জগোই শাজরি। মীরাগী কীর্ত্তন্দি তেক্লবা য়ুম্বু শোগৎনবগী মশক্কি। মহাক্কী কীর্ত্তন্না মী কয়াবু গুমহৎলি, মী কয়াগী মপুম্সি ওইহল্লঃ মুপা, মুপী কয়াদা ভক্তিনা থল্লবা রস য়েল্লি। ঐখোয়গী মতমগী অর্থ শাস্ত্রদা ইহরবা মীশিং, রাজনীতি জ্ঞানশিং পণ্ডিতশিং অমসুং দার্শনিক-শিংনা মপাম্ফোংগী সমাজ অসিবু শেমদোক্লবা হোৎনবনি মীরানা মীওইবগী থম্মোইবু অনৌবা ময়োল চোংহম্নবা

হোৎনবগনি। মথোল্লনা পুন্সিগী অকোয়বদা থবক ভৌবনি; মীয়ামা পুন্সিগী ময়োল অহুমক শোকপনি। মীয়াদি করিগুম্বা নীতি অমগী মথাপোনবা পাম্বা নত্তে, মীওইবগী থম্মোইবু পূমঙন ওহোকপা পাম্বনি। কীর্ত্তন্দা আত্মাগী শক্তি পুন্নক থাদোয়কপনি, কীর্ত্তন্দা কৃষ্ণনা মীওইবগী থম্মোইবু শোকপনি।

মীয়াগী পুন্সিগী অর্থ অমম্পুং মহাক্কী য়াণীদি মসিদগী হেয়া হায়ক্লিংঙাই লৈতে।

কৃষ্ণনা অহানবনি,
কৃষ্ণনা অয়োইবনি,
কৃষ্ণদা মপাম্নি,
কৃষ্ণনা মলুংনি,
মহাক্না লুপ্সিথোইবনি!
মহাকপু মত্তনা, থওজদে ঐনা কনাবুসু;
লুংশিথোইরিবদি মহাক্তনি,
কৃষ্ণনি অওইবা হায়বা মহাক অহং।

# মীরাবাঈ

## পুন্সিগী থোঙ্গান্দা

রাজপুতানা হায়বা অসি মাড়বাড় শাগৈগী লৈবাক্কি মেড়তা হায়বা লম অসিসু রাজপুতানাগী মতুংদা লৈবা জায়গীর মচা অমনি। মেড়তাদা পানবা নিংথৌশিংসু মাড়বাড়গী রাণাশিংগী শাগৈ ঙাক্কনি।

মাড়বাড়গী রাণা যুধজৌগী মশুঙ্গুপা রতনসিংনা মতম অহূগী মেড়তাগী লৈবাক ঙাকপা ওইরম্মী। মীরাবাঈ রাণা রতনসিংগী মচা ইবেম্মনি। শক চুদা চংথোল্লবী, নিংথিবা গুণ খিবিক্ল মপুং ফানা লৈতেংলবী নিংথৌগী মচা ইবেম্মনি। মীরাগী শক্তী ফজবা কোংদোকপদি রাহৈনা রাত্তুনা তোক্কনি। নোংপোকথংবা আতিয়াদা থা'জনা ঙাত্তামন থোরকপদা, থা'জ মাগী মতাম্না মালেম শিন'থুনা য়েনবগুম, মীরাগী রূপ গুণনা নিংথৌগী সুম্না শঙ্গাইবুসু অহিং নুংথিল থায়দনা

ঙাশহল্লি। নিংথৌগী মচা ইবেম্মনি—নিংথৌগী মা শঙ্গাইদা
কে-না নৌ না য়োকচ'রবা ম'রানি।

হুপীমচা ওইবাশিংনা পিক্লিঙৈদা খ্বাইদগী হেন্না পান্না
শান্নজবদি—লাইফাদবীনি। মখোয়না অহুক্কী মতিক থরাই
য়াওনা অমম্ভং পান্না শান্নৈ—লাইফদিবীবু লৈশাবী ফাহল্লি,
লুহোংবা, শিহল্লি, শরাং শোনবা। তৌইগুম্বমুং ম'রাদি
হুপী মচাশিংগী হৌনশা ওইরবা মশান্না অসি পামজদে,
মাগীদি—পূজা তৌদুনা শান্নবনা থরাইনা পামজবা মশান্নান।

অহিং মমৈ ওইরক্লে, চাংথৈ ফিদুপ হুল্লক্লে, অমম্বগী
তুংনকম উমং-রামং খুদিংদা উচেক-রায়া খিবিক্লা হুংশিরবা
খোঞ্জেল্লা ভাপ্পা হেনখিদৌরে মতাগুম জগৎপুম্বা য়াকায়রি—
মতম'সিদা পোমশাংনবা লৈরাংগী. লৈরাং লৈনম ফংবদা
খোয়রাংলবা মালংবসু লিরি-লার হুমলাক্ল, মালং, মানা
হুম্বদা মখোক লোয়রবা উনাসু মালেম'থক্তা কেল্লাক্ল—
মীরাবুসু য়াকায়রি।

মীরানা অসিগুম্বা অয়ুক অঙনবা অসিদা হৌগত্তুনা
ইরুজখোক্লগা, লৈকোন্দগী লৈ হেক্তুনা, চন্দন তক্তুনা, ধূপ
থাউমৈ থাগত্তুনা পূজা তৌই। মসিনি মীরানা খ্বাইদগী
হেন্না পামজবা মশান্না। নিংথৌগী মচা ইবেম্মা ওইহনসু
মহাক্কী পূজাগী থবক্তা মনাই-মশল অমতনা তৌবিবা

য়ানিংলমদে, মাহাক মশানা তৌজরবতদা মথল্লাই তাজরম্মী। মীরানা অস্থম তৌনা পূজা তৌজবা অমস্নুং ঈশ্বরবু নীংজবা অসি কনাগুম্বা অমতনা তশ্বিদুনা, তাকপিদুনা হৈরকপা নত্তে, মশাগী ব্রাখল্লা পুক্লিংবু থৌদাজরকপনি। নিংথৌ অমস্নুং রাণী অনিনা :লাই থুরুম্বা মতমদা মখোয়গী মনাক্তা কল্লগা মতৌ করম্না পূজা তৌবগে হায়বা অতুতদি মীরানা পুক্লিং চঙনা য়েংলম্মী। অসুম্না মীরানঃ ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অমস্নুং থরাই য়াওনা পূজাঃ তৌবা অসি উবদা নিংথৌ অমস্নুং রাণীনা ঙমখৈ লৈতনা পেলম্মী অমস্নুং ঈশ্বরগী মফমদা নিজরম্মী — হে ঈশ্বর! মতমলৈবথিবিক্তা ঐখোয়গী ইচা মুপীবু অসুম্না ধর্ম্মদা পুক্লিং চঙহনবিয়ু।

থৌজাল হৈবা ঈশ্বরনিনা নিংথৌ অমস্নুং রাণী অনিনা হায়জরিবা রাফম অদু য়াম্না থরাই য়াওনা তাবিখি হায়বদা থোইনা চিংনফম লৈতে।

---

# ঐগী বর পীয়্

**শজিবু থানি।**

আতিয়া পূম্বা থাবলগী ইপোম হৌরি, ইপোম অসিনা পাথরক্তু্না মালেম'পূম্বদস্থ থাবলগী ফিভো ফৌরি। সমক্রুগী ঈয়াইদস্থ থাবলগী ইথক হৌরি। সংবান্নবা সমক্রুদা ইথক্কী জ্বার কারকপদা ঈয়াইগী ফজবা হেঙ্গৎহল্লি, সংবান্নবা আতিয়া-দস্থ অঙৌবা নোংগী মপৈনা ফুইনা হৌরকপদা নোংথক্কী ফজবা থোইনা-হেঙ্গৎহনবা নত্তনা অতৈ করি ওইগনি? কল্লক চাউবা মালংবদি? হৈনম, লৈনম পুরবা লমজেন য়াঙবা মাঙ্গংবস্থ নংহৌররোই মতাঙুম পৃথী শিন'থু্না থুকপ থানা চেল্লি। চাউথোক্লবী চেক্লাস্থ মাগী থোম্থাং য়াওদনা বসন্ত মপুং ফারোই, প্রকৃতিগী ফজবা পন্দোক্লোম্লোই থন্দুনা-কু-উ উ-উ হায়বা থোঞ্জেম্না মরক-মরক্তা থোনবাংল।

ঙসিদি প্রকৃতিগী হরাউ-মিনোক্তা মালেম লৈমবু মপুং ফানা লৈতেংলবা হুমিংনি, হুমিং অসি কনাগুম্বা অমগীস্থ লুহোংবা হুমিংনি। লুহোংবগী পুং-ঝান-মোইবুংগী থোঞ্জেনস্থ

মাপংবনা হুমথিহনা মাইকৈ মরিদা শন্দোকখ্রি। মতম'সিদা মীরাসু দলান মথক্তা কাথত্তুনা পুং ঝান-মোইবুংগী মথোল ভানা-তনা থাবলগী ফজবদা ইরাক্লরহনা মিংফম হোংজ্ৰ। কয়াদা ফজরমগবা! অওইবমক্লি, থাবল ফবা অহিংগী পুক্লিং হুরবা দৃশ্যদি মীওইবগী পুক্লিংনা থঙলম্বদি য়াই, ভোইগুম্বসুং ফোংদোক্লবা রাহেদি শোয়দনা রাংলমগনি। নরা ওহারবা মীরাগী অত্নমগাহ মহোশাগী নিংথজরবা দৃশ্যদি উরে, ফোং-দোক্লবা রাহৈদ রাংপনিনা, মমৈথংদা মাগী থম্মোইনা শোল্লি—অগ্নক ফজথ্রবা থাবল অসিবু পৃথিবীদা য়েল্লক্লিবা মাহাক অত্থ কয়াগী মতিক ফজরমগবা!

নিংথৌগী য়া সঙ্গাই মমাঙদা চাত্তরবা লম্বী অমা চংখ্রি। লম্বী অসিদনি—পুং-ঝান-মোইবুংগী থোঙ্গেনগা লোয়নননা মচু কয়াগী থাউমৈ থান্দুনা লুহোংবগী বর কাংলুপ অমা চংলিবা। বরনা অরাংবা শগোল অমদা তোংলি। শগোলগী তান্থা নাইবা থোঙথাংনা বরবু তান চানা হাই-হুমহল্লি। হাহনা হুমা চংলবা বরগী লংনা নিংথরবা ফিজেত্তা থাউমৈগী মঙাম্না য়ৈবদি, থাগী মঙাম্না য়ৈবদা থরাম্মিচাক পরেংনা তগুপ-তরেং ঙানবগুম নিংথিজরি।

চহি মঙাদা ঙায়রিবা মীরানা মপাবুংগী তম্পাক্কিগী হৌগৎলগা বরনা লাক্লিবা মাইকৈরোমদা য়েংলম্মী। অচোবা

থোৱাং অসি উবদা, মীরা, ইওক-ওক্রম্মা অমন্থং মপাবুংদা হংলম্মী,—"পাবুং! চংলিবা অসি কারনো?"

মপাবুংনা থুমকই:—"ফজনা কিজেং-লৈতেংহুনা শগোল তোংহুনা চংলিবা অসি লুহোংবগী বরান। নোংমদি নহাকীহ পুক্লিং হুনবগী মশক ওইরবা বর অমা লাকান। নহাকী লুহোংবদদি থাউমৈনা মশিং নাহদনা থানগান, পুং-ঝান-মোইবুংগী থোঙ্গেম্না স্বর্গ পাতাল অনিমক শিন'থুংগান, শগোল চামা, শামু চামনা থুজং ওইগনি, মী লিশিং-লিশিং তিনগনি, কুম্মে ফিওং কয়া তোগান।" অস্নুম্না হায়রহুনা মপাবুংনা মচা হুপীবু মতম্পাক্তা পাম্বরম্মী, মচাগী লাইবক্তা চোংইনা তারকপা অমুবা শন্নাংবু হাইগৎপিহুনা নানাবরম্মী, মচাগী হুংাশবা ফোংদোক্রম্মী। অহবু ওন্ন-তৈনবা থোদোক্তি মপাবুংনা হায়জরুবনা মচাগী পুক্লিং হরাওনবনি, মীরানা লোবনা অওইবা ওইনা লোম্ববনি। থুদক অহুমক্তদা—"পুক্লিং হুনা কজরবা বর" অমা পীম্নু হায়না মপাবুংদা ওকুবা হোরক্লে। অন্নাবান! থুদক অহুমক্তদা বর অমা পীজ্রবদি করিগুম্বা উপায় অমতনা মীরাবু থেম্বা য়াররোই-দবনি। মপাবুং অমস্তুং মমা ইবেম্মনা লৈশং-লৈথোনবা রাহৈ কয়ানা মীরাগী পুক্লিং থেমজিল্লম্মী,—"ইবেম্মা! নহাক্তি হৌজিক য়াম্না অঙাং ওইরি, অস্তুক য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদবু

নংগীদমক করম্বা বর লাকদগে? নংগী বর ওইগদৌরিবা হুপা অহুম্ হৌজিক্কি নংগুম্বা পিক্লি। নংনা লৈশাবী ফারকপা মতমদা মাহাকম্ পাথও ফারকনি, মতম অহুদা ওসি লাক্লিবা বর অসিগুম্বা মাহাকম্ লাকনি।" রাহৈশিং অসি মীরাদদি নুংদা ঈশিং চাইবনি, অহোইনহুম হায়রকই,—"হুপী পুম্মকৌদি বর লৈরগা ঐগীদি করিগী লৈরোইদগে? ঐগী বর ওইগদৌরিবহু' পিকে—পিকসম্থু, চাউগে—চাউসম্থু, থিগে—থিসম্থু, ফজগে—ফজসম্থু, মানা ওইনিংবা মওংদা ওইজসম্থু, হৌজিকমক ঐঙোন্দা বর পীদবা য়াদে;"

রাণা রতনসিং মেড়তাগী নিংথৌনি, প্রজা কয়াগী পুক্নিং পেম্মনবা ভাংবা ওয়িবনি অম্বু পিকপ্রবী মচাহুপী অসিগী পিক্লবা থম্মোই অসিবু পেৎহম্মবা রাহৈদি নিংথৌগী রাথম্বা লাম্বা কংথিত্রমাম্লে।

মীরাগী মপাবুং অসি বৈষ্ণব ভক্ত অমা ওইরম্মী মরম অহুনা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা পীহুনা মচাহুপীবু থেমজিল্লগে হায়না লেপ্লম্মী। নুংনা শাবা পিকতক তৌবা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা মীরাগী মথুত্তা পীরগা মপাবুংনা হায়রম্মী,—"লোরো, ইবেম্মা, গিরিধারী শ্রীকৃষ্ণ অসি, ওসিদগী হৌনা মূর্ত্তি অসি নংগী বর ওইরবনি। বরবু থরাই রাওনা পূজা তৌ, লৈ-শু কংলু, নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংবিয়ু অমসুং পুক্নিং অনি লোওদনা

বরবু সেবা তৌজে, অদু ওইরবদি বরনা নংবু য়াম্না পেনবিগনি, সুংশিবিগনি।

নৌরিবী মীরানা লংনা মুরবা বর অমা ফংজবদা ওমখৈ লৈতনা হরাউজরম্মী। মপাবুংনা হায়বা মতুংইন্না ফজ-ফজবা লৈ-শু কত্তুনা বরবু পূজা তৌজে, অহাওবা মহৈ-মরোং কয়া বরদা কৎলি, নিংথিবা ফিজেৎনা বরবু লৈতেংবি, মে ন্তেক-মোন্দুম মথক্তা বরবু নাউশুম্বী, বরগা ফম্মিন্নতুনা অরা-সুংঙাইবগী রারী শামিন্নৈ—নসিদা মীরানা খ্বাইদগী হেন্না সুংঙাইবা ফংজে।

মতৌ অসুম্না পিশক পিক্লিঙৈদগী হৌনা মীরাগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণবু লুনা নীংজবা অমসুং সুংশিজবগী মরু অমা হুনখিরম্মী। শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজবনা পুন্সিগী অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না খল্লরম্মী।

জ্ঞানগী লৌবুক্তা খোংদারকপা হুমিত্তুগী হৌনা, মীরানা অনৌবা নোংগী মচুবু ওমজবা শংবান্নবা কুচুনা মাগী ওইরিবা গিরিধারীবু মাগী অমত ভায়রবা মপুরোইবনি হায়না লৌজরম্মী। অময়োমদা সু কোম্নুংগী মী-শিংনদি মীরানা তৌরিবা অসি গুপী মচা ওইবীশিংগী হৌনশা ওইরবা লাই-ফদিবী শান্নরিবনি হায়না খল্লম্মী, তৌইগুম্নসুং মীরাগী মফমদদি লাইকদিবী নত্তে,—খরাই পানবা মীগী মতৌগুম

হুংশিজরিবনি, লাইকদিবী—মুত্তি অসিগী মকমদা মীরাগী থরাই-হকচাং পুন্নমক কথোকখ্রবনি। মাহাকী জগৎ হায়ববু শ্রীকৃষ্ণনা ওইরবনি।

मेरे तो गिरधर गोपाल दूसरा न कोई ।
दूसरा न कोई साधी सकल लोक लोई ॥



# লুহোংবা

লেপ্পা নাইদবা জগৎকী খোংচৎনি। ঙসি পোমহুনা লৈরম্বা হৈরাং—লৈরাং পুম্নমকস্থু হয়েং ইমুং ঙাল্লকপদা মতমগী খোংলৈ মতুংইন্না মপুং ফারকই, শাৎলকই। ঙসি—ঙসি হৌখিবনা, হয়েং—হয়েং চৎখিবনা চহি কয়া তৌখ্রে—, ঙসিদি মীরাস্থু মপুং ফান' ফজরবী লৈশাবী অমা ফারক্রে। মপুং ফারকপগী মতুং ইন্না থম্মোইগী ভক্তি অমসুং হকচাংগী ফজবা লোয়নরক্লি, হেঙ্গংলক্লি।

মীরাগী পোকপদা লোয়নরক্রবা থোইদোকপা গুণ অমদি মাগী খোঞ্জেল্লি। পুঞ্জাগী মতমদা মাহাক্না শক্লকপা শ্রীকৃষ্ণগী ভজনগী সূরনা অতাবা মীবু অম্বক্কী মতিক শুঙ্কাংলি, করি অমুক হায়গনি—স্বর্গগী অপ্সরা মেনকানা, ইন্দ্রবু ঙমগে নিঙহুনা অকনবা তপ তৌরিবা বিশ্বামিত্রবু মাগী তপ থুগাইনবা শক্লকপা ইশৈগী সূরগা চাংদম্নবদা থোইনা য়াংলোই। মাগী ভজনগী শৈহেক তাবদা অতাবা ভাবোক কয়ানা স্বর্গদগী লাকপা খোঞ্জেল ওইরবোই নিঙই।

মীরাগী রূপ, গুণ অমস্যুং ফজবা শক্তী মিংচৎনা রাজপুতানাগী কাচিন-কোয়া অপূম্বা শিন'থুংনা শন্দোকখ্রে। অত্তাবা নিংথৌ কয়ানা মচা মমৌ ওইনিংবগী রাখল অহু কুমজ্জুনা থম্বা ওমমদে।

মতম অহুগী চিতোরগী রাণা মুকুলদেবনি। মীরাগী শক-চুগী গুণ পুন্নমক রাণাস্তু তারম্মী। চিতোরগী রাজ-সিংহাসন কাগদৌরিবা মজাইবুংঙো রাণা কুম্ভগীদমক মীরাবু হায়রগে হায়না লেপ্পম্মী। অহল ওইরবা মন্ত্রীবু কন্যা য়েংননবগীদমক মেড়তাদা থারম্মী। লক্ষ্মীগী মওং মান্নবী, সরস্বতীগী গুণ চেন্নবী মীরাগী মায়থোং উবদা অহল ওইরবা মন্ত্রীনা,—মীরা নত্তনা চিতোরগী মবেম্মা ওইংবিনবা অতৈ কনা লৈত্রে হায়না খল্লম্মী। থুদক অহুমক্তদা লুহোংবগী বা পুন্নমক লেপ্পরগা, অহল ওইরবা মন্ত্রীনা চিতোরদা হনখিরম্মী।

ওসিদি যুবরাজ রাণা কুম্ভগী লুহোংবা মুমিৎনি। যুবরাজ অমগী লুহোংবদা তোগদবা থৌরাং পুন্নমক লোইরে। ওসিদি চিতোর অপূম্বা নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউরি। মীরানা পিক্লিভৈদা মপাবুংনা হায়খিবা অহুগুম অচৌবা থৌরাংগা লোয়ননা যুবরাজ রাণা কুম্ভনা লুহোংবগী বর ওইরজ্জুনা মেড়তা পাংনা লাক্লি। অফবা মুমিত্তা, অফবা পুংফমদা

রাণা কুম্ভগ মীরাগা লুহোংলে। লুহোংলব মতুংদ অনৌবী সহধর্ম্মিণীগা লোয়ননা রাণা কুম্ভ চিতোরদা হনখিরম্মী।

মী ওইবগী পুন্সিদা পোৎ অনিথক ইতত্তনা লোয়নমা চৎমিন্নৈ,— অয়াবগা — মুংঙাইবগা, কপ্পগা--নোকপগা, অথিনগা—ফজবগা ; হায়বদি অওইবগা—ওইদবগা। পোৎ অসি কদোউৈদম্ব নাইতোমা থক চত্তে ; অমবু লৈরবদি অমম্ব হেক্তা মরাকই। রাণা কুম্ভন্ব মী-ওইবনি,—নিংথৌগী মচা ওইদুনা অকে-অনৌ মরক্তা চাউঅরক্লবন্ব অগৎকী খোংচত্তগীদি নাম্বোকপা থক য়ারোই। মিকুপ অমত্তা ওইরবন্ব মাগী থম্মোইবু অরাবগী লৈচিন্না কুপ্নি। লুহোংবা মতুং থরা লৈরগা মপা ইবুংঙো মুকুলদেব নোঙাখ্রে। রাণা কুম্ভনা চিতোরগী রাণা ওইহোরে, মীরানা রাণী ওইরে।

হোৌজিক্তি রাণাগী থম্মোইসে, থাওমত্রবা রাখম। মৈরি ওইনা চাক্লকদোরে।

লুহোংবা হায়বা অসি অর্থ কয়ামরুম থোক্না লৌবা য়াই। বেদ শাস্ত্রগী মতুং ইন্নবদি লুহোংবা হায়বসি মী ওইবনা পাঙথোক্কবা য়াত্রবা ধর্ম্ম অমনি। মী ওইবগী অফবা কর্ম্ম কয়া পাঙথোকপদা সহধর্ম্মিণী য়াওত্রবদি য়াদবা হৌরম কয়াম্ব লৈরি। শ্রীরামচন্দ্রনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবা মতমদা শ্রীরামগী সহধর্ম্মিণী সীতা য়াওত্রবদি যজ্ঞ মপুং

কারোই হায়রহুনা সীতাগী মূর্ত্তিবু সমানা শারগা যজ্ঞগী মাগুবতা থমখি।… অমরোমদা অমুক হায়রগা লুহোংবা হায়বসি চায়কা মরুপ থিবনি। মী ওইবগী পুন্সিদা মতোমদা লেনবদা খুদোংচাদবা হীরম কয়ামরুমস্থ লৈরি। অহুনা খুদোংচাদবশিং অহু লাম্বোকপা ওয়বা অমদি পুন্সিগী থোংচৎ অসি ঈংনা অমস্থং মুংঙাইনা চপ্থিবা ওয়বা হায়রুনা লুহোংনরিবনি। লুহোংবগী মরু ওইবা মুংঙাইববু,—মপুরোই-বগা সহধর্ম্মিণী অহুগা পুমচেল থোইরেল তিম্মনা লৈমিম্নবা অহুনা অ্যাইদগী হেম্মা মুংঙাইবনি রাণা কুম্ভস্থ মুংঙাইনা পুন্সি লেম্মনবা চায়বা মরুপ থিরুবনি। অহবু, অরাবদি! মুংঙাই-বগী মহুত্তা অরাবা পীরি-! মীরাদি? মীরানা হেম্মা মুংঙাইত্রি অহুদি, করিগী?—অমস্থ নিংথৌগী মজা ইবুংঙোনি, অমস্থ নিংথৌগী মজা ইবেম্মনি; মুংঙাইনা লেনবা রাবঃ পুন্সিবু, করি নিঙবা থুংনদহুনা রা'না লেন্নপে থৌরালি?…ধর্ম্মনা পন্নি…। অমন শাক্তনি, দেবীবু ইরাৎ-পুজা তৌবনি; অমনা বৈষ্ণবনি, বিষ্ণুবু নিঙবনি। শাক্ত অমস্থং বৈষ্ণব অনি অসি অমুক্কী মতিক য়েংথিনৈ, মহুদ্রি মমি ফাওবা উনবা রাবঃনত্তে। মমি ফাওবা উনবা য়াত্রবা ফাঙলুপ্নি, অহুবু মীরানা শাক্তগী ময়মদা শ্রীকৃষ্ণগী পুজা তৌরি, গিরিধারীগী গুণবু তত্তনা শক্লি। শাক্তগী য়মদা কৃষ্ণগী

পূজা! তাবদা তুজুবা রানি। শাক্তগী শিৎন য়েংহৈদ্রবা, শাক্তগী থম্মোইনা খংভমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী পূজা অসি উৎদা রাণাগী মম, ইবেম্মনা মীরাদা হায়রম্মী,—'ইবেম্মা, নঙনা তৌরবা পূজা অদু ঐখোয়গী য়ুম অসিদদি তৌবা য়ারোই, ঐখোয়দ শক্তনি, ইমা কালীবু পূজা তৌবনি, অদুগা নংনা তৌরবা পূজা অদুদি বৈষ্ণবকীনিদো, অদুনা নঙনা নপুরোইবগী সেবা তৌদুনা য়ুম অসিদা নঙগী পুন্সিগী তুংনকম ওইগে হায়না থল্লবদি, নঙগী পূজা অদু থাদোক্কনা ঐখোয়না তৌরিবা পূজা অসিদা নহাকস্ত য়াওবা তাই।"

রাইহেশিং অসি তাবদা মীরাগী কোকথক্ত নোং চুদনা বজ্র কোটি তারম্মী। মীরাগী থম্মোইনা হায়রি—"মতম অমুক কুইনা তৌজরক্লবা পূজা, পলেম-পম্হো অনিনা ময়েক লা-না তশ্বিরক্লবা পূজা, ভাস ঐনা মফম অসিদা থাদোকপা তারবা! ঐগী থরাইগী মপু ওইরবা শ্রীকৃষ্ণবু অমুক হন্না পূজা তৌজবা ফংলরোইদবা?" রাইহেনা কোংদোকপা ভমদ্রবা মীরাগী থম্মোইগী অরাবনি…।

মীরানা লাৎচরিবা থম্মোইগী মুত্তিবু চেৎনা কোন-শিনজরগা হিক্লা-হিক্লা কপ্পুনা অহিং-হুংথিল লেপ্লম্মী। অরাবনা ফুম্বংননা, পাউদমফমহু লৈতনা, লাৎচরিবা মুত্তিবু চিংনা য়েংজরদুনা থম্মোইগী অরাবা ফোঙদোকচরকই,—

'প্রভু! মখোয়না নঙবু থাদোকউ হায়রি,—মখোয়সে, কয়াদা হুংশি হৈশিন্দ্রবনো! অদুবু, ইবুংঙো! ঐদি নঙবু থাদোকচবা ঙম্লোই,—নঙদি মখোয়গুম্না থম্মোই য়াওদবা মীদি ওইরোই কো প্রভু! তোল্লবীবু থাদোক্তুনা চংশিথিন্নুকো ইবুংঙো।"

**मीराके प्रभु सदा सहाई राखे बिघन हटाय।**
**भजन भाव में मस्त डोलती गिरधर पै बलि जाय॥**

অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা কক্সরবা ফুরা দলাল কয়া থুদেকপা ঙম্মী, অচৌবা উপাম্বী কয়ানু মরু ফাওবা ফুক্তুনা হুন্দোকপা ঙম্মী, মরা চংলবা নুংজাও ফাওবা মকম লেংহনবা ঙম্মী। মী-ওইবগী য়াথন্দি অকনবা নোংলৈ-নুংশিংনা ইরায়-লায়না হুমদোকপা ঙমদে। কয়া থিংহনম্নু, কয়া কিহন্দুনম্নু মীরাগী য়াথনবু ইরায়-লায়না হোংহনবিনবা করিগুম্বা শক্তি অমতা লৈরমদে। মহোশাগী মতোৌগুম,—শ্রীকৃষ্ণগী পূজা তৌরি, ভজন শক্তি।



# সংসারগী লম্বেন্দা।

তাইবং পানবদা লৈরিবা মী পুন্নমক অসি মানা মানা চৎলিবা লম্চৎ ব্যবহার অমম্বং খল্লিবা রাখল অহুগী মতুং-ইন্না থবক তৌবা ঙাক্কনি। রাণা কুন্তগী মমা ইবেম্মম্ব শাক্কনি, দেবীবু ইরাং পূজা তৌবনি, অহুনা দেবীগী রূপ লৌরদুনা অয়াকপা মাহৈমা মীয়াগী খম্মোইদা তাশোন্না থিনবা হৌরক্লে। “শ্রীকৃষ্ণগী পূজা তোকপা” নত্রগা “য়ুম অসি থাদোকপা” অনিসিগী মতুংদা অপাম্বা অমা থল্লু হায়রক্লে। রাকম অসি মমা ইবেম্মগীদি হাযদবা মাত্রদুনা। হায়রম্বম্ব য়াই, মীরাদদি মচিন খৌরুবা তেলা খম্মোই থুম্না পানবনি। স্না কোম্মুংগী মবেম্মনি, লৈবাক অসিগী রাণীনি, অহুবু চাউরবা স্না সঙ্গাই অসিদা মীয়াগী খোংদাকম- মচেৎ অমা কাওবা ফংখিত্রবা পুণ্য'নিবু হায়গত্রা, পাপ'নিবু হায়গত্রা? লৈত্রবসু ফয়ে; গিরিধারীবু পূজা তৌবদি তোক্লোই হায়রি মীয়ানা। জগৎকী মবেম্মা সীতাদসু মরৈবাক থাদোকখিনা বন্দা লৈখি...অহুগা...মহাক্তি হুপীগী জাত্তা পোকপা নত্র?

মীরানা মমিত্তগী মপি লোয়া থৈথোক্লগা মমা ইবেম্মগী মথোঙ কোয়ন্না হায়জরকই—"চানবিয়না ঐবু নথুয়াদা চঙজকম পীনবিরে, হৌজিক ঐবু অমুক তাম্বোকপিরবদি পৃথিবী অসিদা ঐগী চঙজকম লেজদে। ঐবু হুংশিবিয়, খোয়জানবিয়, য়ুম অসিদগী তাম্বোকপগনু, নথুয়াদা তুংনকম ওইজগে।" অওইবমাক্ক রাজপুত নিংতোনাশংগীদি মপুয়োই-বগী ময়ুমদগী হল্লক্লগা চঙজকম লেতবান।

মমা ইবেম্মনা হায়রকই,—"ইবেম্মা, ঐখোয়দি নঙবু তাম্বোক্লংবগী কারগুম্বা রাখল অমত্তা লৈতে। নঙনা হেয়া থঙলিবা অদুমঙাই, ঐখোয়গীদি শাক্তগী য়ুমি, শাক্তগী য়ুম অসিদা নঙনা কৃষ্ণগী পূজা তৌরে, অদুনাদি মতৌ-করম্না য়ুম অসিদা নঙগী লৈকঞ্চ ফংগদগে? হৌজিকসু নঙনা কৃষ্ণ পূজা তৌবা অসিত্তবু তোক্তুনা, মতিকচাবা শাগৈগী লেম-জনকম ওইরবী মো অমা ওইনা লৈবদা পূর্মক নঙগী তাক্তনি, নত্রবদি য়ুম অসিদা নঙবু থম্বা থগোই।"

মীরানা করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা পীদনা গিরিধারীবু কোয়গা হায়জরকই,—"প্রান নাথ! নঙনা পুক্কনা চৎপা মফম অদুদা ঐসু চৎচগে। নঙবু কোয়রগা মফম অদুদা হুংতাইনা লৈজগে, মফম অদু—নিংথোগী য়ুমা কোয়হুংসু ওইসনু, উথানু ওইসনু, গুরু-ময়ম্বা উমংসু ওইসনু, ফংলবা

লৈকংলামু ওইসনু,—ইবুংঙো। নঙবু য়াওরবদি ঐঙোন্দদি চপ মাম্নবনি।”

मेरा पिया मेरे हीया बसत है न कहुँ आती जाती।
चन्दा जायेगा, सूरज जायेगा, जायगी धरण अकासी॥

হৌজিক্তি পাক চাউরবা নিংথৌগী মনা সঙ্গাই মচুংদা মীরাগী খোঙদাকম মচেৎ অমা কাওবা লৈরক্তে। মীরাগা পুম্না লৈমিন্নরবদি পাপ ওইগনি অমসুং জাত মাঙগনি হায়হুনা মাবু য়ুম অমদা তোঙাম্না মতোমদা থম্বিরে।

রাণ কুম্ভনু মমা ইবেম্মগী য়াথং মতুং-ইন্না মীরাগা উন্নবা য়াত্রে। মী হাংলুরবা মীবু বন্দীগঙ মচুংদা মতোমদা তোঙাম্না থম্বগুম মীরাসু য়ুম অসিগী মচুংদা মতোমদা লৈথিরম্মী নিংথৌগী মমা ইবেম্মগী থুংশিহৈত্রবা লমচৎ আসনা মীরাগী থম্মোইদা অরাবঃ কয়া পীরবসু, পুক্নিংগী অরাবা থম্মোইদা লোন্তুনা, শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজহুনা অমসুং ইবুংঙো মাগী গুণবু শকচহুনা অরাবা কোঙ্গাই কাউরম্মী।

মী-ওইবগী খোঙ্গেম য়োঁবা ওমজ্রবা চিক্রবা মকমদা মুণি-ঋষি কয়ানা কোয়না চত্তুনা ঈশ্বরবু থিরি, অশুকপঃ উমংদা চঙহুনা ঈশ্বর ফংনবা অকনবা তপ তৌনরি, মচুদা

স্বর্গগী ওইবা নুংঙাইবা মথল কয়াম্ব ফংলি। মীরাম্ব চিক্রবা মীখোল ভাঙ্গবা য়ুম অসিগী মঙ্গুংদা মতোমদা ফম্লহুনা, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিদা লুপচহুনা মপান নাইদনা নুংঙাইবা ফংলি। য়ুমগী মবেন্মা ওইনা লৈরম্লবদি সংসারগী রাখল্দা লুপখিহুনা মবুংগোগী "নাম" শোম্লবা মতম মরাং কাইনা ফংলম্লাই-দবনি। হৌজিক্কি য়ুম অসিদা মতোমদা লৈজরবনিনা কনাগুম্বগী অয়াকপা রাইহন্নু তাক্রে, য়েংথিবা মিংয়েংম্ব ফংক্রে, কনাগী রাখনম্ব থম্লু.ত্র,গুমিংচুম্লা গিরিধারী শ্রীকৃষ্ণতবু পুক্লিং পেম্লা কৌজহুনা লেনবা ওমজরে। মসিতনি মীরানা পামজরিবম্ব।

মীরাগী থম্মোইদা প্রেমগী ইথক হৌরক্লি, শ্রীকৃষ্ণগী গুণবু শকচবদ অরাম-খৌরাং কাউরবী মীরানি। কৃষ্ণগী প্রেমদা তাওরহুনা করিগুম্ব; মতমদা মশামকপু বৃন্দাবনদা লৈবগুম খল্লি, সখী ময়াম্না ইকোয়-কোয় শল্লিবোই নিঙই, তাম্না হম্লকপা নামিবা নুংশিংনা বংশীধারীগী বাঁশীগী খোঞ্জেলবু তশেংনা তাহনবগুম তারি, বাঁশীগী থুখংনা মাবু কৌরিবোই নিঙই। কৃষ্ণ-প্রেমগী ইপাক্তা মীরাগী থম্মোইনা জগোই শাজরি। অমুকম্ব শোম্লকই,—".হে নুংশিখোইরবা! অথাম্লদগী বাঁশী খোংবিরক্লুনা, মীরাবু অমুক হম্না লক্লবিরগম্ব, তোম্লবীগী 'নাক্তা লেঙবিরকউ, নঙগী দর্শন পীনবিয় মীরাগী

থম্মৈ হৈবু পেলহনবিম্ন। প্রহ্লাদ ধ্রুবনচিংঙ্গম্ন হৈবু ভো নগুগী অশেংবা ভক্ত ওইখিবদাই, ননাংবু দি পোজ্জানবিরোই থনবিম্নবরা ?

बासो मेरे नैं नन नन्दलाल ।
मोहनी मूरति सांवरि सूरति नैना बने बिसाल ;



# শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা

সংসার অসিদা কত্তবা মীগী মীশীং রাত্তনা লৈরি। অসিগুম্বা কত্রবা মীশিং অসিনা মীগী সুংতাই য়াইক উরগা খোইদৌ শাউগৎলি। করম তৌরগা মীবু মাঙহনবা ঙমগদগে হায়বসিনা মখোয়গী অখোইবা রাথন্নি! মীয়াগীসু মাগী অক-কত্ত দোষ য়েংবিনবা অসিগুম্বা কত্তবা মী রাত্তনা লৈরম্মী। অসিগুম্ব: মীশিং অসিনা শেংলবা মীয়াগী লমচত্তা অমুক কালি তৈশিনবিরি; মীয়াগী মরাইবক্তা কলঙ্কগী চন্দন থিনবিরি। কত্রবা মী-শিং অসিগী লাংদা য়ানা কুম্ভসু থুরুরে,—মীয়াগী লমচত্তা চিংনবা পোকখ্রে।

নোংমদি অহিং নোংয়াইদা লোমা পাউ পীবা মা-শিংনা য়াণাদা পাউ অমা তম্লরে—"অহিং অথেংবদা চিরুবা য়ুম অসিগী মতুংদা মীয়ানা কনাগুম্বা অমগা লোয়ননা য়ায়ী শামিম্নৈ, নোকমিম্নৈ, হৈশে শকই।" য়া অসি তাবদা অশাউবনা জ্ঞান মাঙলবা য়াণা কুম্ভনা থুম্রা থাংশাং পায়হনা

তুমিন্না চৎপ্রগা মীরাগী থোঙজিন্দা তুমিন্না লেপ্লুরে। তাঙ্গা অসিমক্তদা রাণাস্থ থাঙ্গৈশেংনা তাবা ফংলে,—"মীরানা কনাগুম্বা অমগা লোয়ননা রারী শাবা, নোকপা অমস্থং ইশৈ শকপা।" খোঙ্গেল অসি তাবদা রাণা কুম্ভ শাউবনা কোক্তগী তোন ফাওবা খক থক নিক্লম্মী অমস্থং খল্লম্মী—"হৌজিক্তি চিংনবা লৈতনা য়ানিংলে,--মীনা হায়নারবসি চুম্বা তারে।"

অশাউবনা মাঙ-ওইননা রাণা কুম্ভনা মন্থংদগী পৌরোল লোল্লিবা থোঙজাউ অথু কাওথোক্তুনা থুত্তা থাংশাং পায়দুনা মীরাগী মনাক্তা লেপ্লরে। কদায়! ইমুংদদি কনাস্থ লৈতে। মীরা অমস্থং মানা লাৎচরিবা গিরিধারীগী মুত্তি নত্তনা অতৈ কনা মতম্থ লৈতে। ইমুং অথুদা লৈরম্বা হায়ববু মীগী থাউমৈ অমা লিরি লিরি চাক্লি,লৈ-চন্দন নিংথিনা শেম-শাদুনা লৈরি, মীরানা গিরিধারীগী মমাঙদা মমিৎ উইশিন্দুনা ফম্লি। মীরানা অশুক্কী মতিক কৃষ্ণগী প্রেমদা লুপ্লম্মী মদুদি রাণা কুম্ভনা থোঙ কাওথেকপা, ইমুং চঙলকপা, অসিনচিংবা পুম্নমক করি অমতা তারমদে, খঙলমদে।

মীরাগী অসিগুম্বা ঈংলবা মুত্তি অসি উবদা রাণা কুম্ভ তুমিন্না নুংগী মুত্তিগুম্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। রাণা কুম্ভনা করি থন্দুনা লাকই, মীরাগী মনাক য়োরগনা করিগী

তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরি? রাণাগী থম্মোইনা মীরাবু শোক্লিংই, শোকপদি ঙমদে, উদবা শক্তি অমনা শোকপা য়াদে হায়রুনা থুজেঙ পায়রুনা চিংথোক্লি।

থঙহৌদনা মীরানা রা ভাংলকপা তাবদা, রাণা কুম্ভস্ন ইথক থগৎলম্মী। জ্ঞান তারকপা মতমদাদি মীরানা মঙোন্দা ভাংবা ওইরমগ্রে নরমদি মীরাদি হৌজিক ফাওবা মমিৎ পাঙথোক্তি, রাণাবু উত্রি।

অচিকপা থুগাইরুনা মীরান হায়রকই,—"হে সুংশি-হৈত্রব', করিগীনো নঙনা অসুম তৌবিরিব। অসিবু! নত্রগা অসুম তৌবা অসিনা নঙগী হৌনশারা? মীনা কপ্লগা নঙনা পেনবিবরা? অদু ওইরবদি থঙবিয়ু ঐগী মিৎ অনি অসিনা কপ্পদা তাঙলবসু ঐগী থরাইনা নঙবু পামজবদি তোক্লরোইদর্বানি।

**পংথ নিহারুঁ উগর বুহারুঁ, ঊভী মারগ জোয়।**
**"মীরা" কে প্রভু কবৈর মিলীগে, তুম মিলিয়া সুখ হোয়।**

গঙ্গানা ইহৌরকপগুম মীরাগী মিৎলু অনিদা পিগী ইথক হৌরিবহু রাণাসু উরম্মী। কপ্পা কপ্পা অমুকসু হায়রকই, "নঙগী থোজান্দি মপান নাইদবনি, অদুবু হৌজিক ফাওবা

নঙনা ঐঙোন্দা লোৎপিরি, মিকুপ অমত্তা ওইরবস্থু ইবুংঙো নঙবু উজগে,—ঐনা জ্ঞান মাঙহনা তুমবা মতমদা ইবুংঙো নঙনা কোনথৎপিয়ু ঐনা পামজরিবদি মুমিং চুপ্পা নঙনা ঐগী ইনাক্তা লৈবিবা, ঐনা নঙগী ননাক্তা লৈজব, ঐনা মিং হেক পাঙথোরকপদা ইবুংঙো নঙবু উজবা······ইবুংঙো নহাক নত্তনা ঐগী কনা লৈজদে করিগুম্বা অমতম্ভ লৈজদে ! হে পুকচেল কল্লবা ! কদৌঙৈনো নঙগী দর্শন পীনগদৌরিবা ! কদৌঙৈনো ঐগী প্রেমগী থৌরানা নঙবু পুনবা ঙমজগদবা ! নঙনা পাম্লিবা পুন্নমক ঐনা পীজমনি, ঐগী থম্মাই—হকচাং-পুক্লিং, ইবুংঙো নঙগী ঙাক্তা নত্রনে।

রাণাম্ব অৱেকপা লাইগী মঙংগুম্ তুমিন্না লেপ্তুনা মীরাগী কুম্মে য়েংলম্মী। মীরানা অমুক ইশৈ শকই—ঙৈহাক অমুক তুমিন্না লৈ—রা অমুক ঙাংই—তুমিন্না অমুক লৈ—থিক থিক অমুক নোকই। মীরাগী মতৌ অসি রাণা কুম্ভগী রাথম্না লাম্বা কংলথদে, তুমিন্না লেপ্তুনা য়েংবা নত্তনা করিম্ভ তৌনিংঙাই লৈরমদে,—অহুদি, ভাওমবরা মীরাদি ?

রাণা কুম্ভনা মীরাদা হংলম্মী,—"নঙগা হৌজিক্তা রারী শামিন্নরম্বা অহু কনানো ? কদাইদা চৎখ্রে ?"

মীরা মিকপ থোক্লে,—য়েংথোরকপদা রাণা কুম্ভবু উরে, পাউখুমদি অমত্তা পীরমদে।

রাণানা অমুকস্থ হন্না হংলম্মী,—"মহাক কনানো ? কদাইদা চংখ্রে ?"

মীরানা খুম্নম্মী,—"ঐগী ইপুরোইবনি, মাগা রারী শারিবনি। মহারাজস্থ মাগী চরন্দা চগুজো পাপ পুন্নমক কোক্ননি।" পাউথুম অসি রাণা কুন্তদদি অচাকপা মৈরিদা ঘৌ হৈজিনবনি। রাণানা অমুকস্থ হায়রম্মী,—"নঙগী নপুরোইবা হায়ববু কনানো ? ঐ নত্রা, নঙবু নুহোংদ্রবা লোবনি ?"

মীরানা লোথুপ লোকোই য়াওদ্রবা ইচম-চম্বা লোন্দা পাউথুম পীরম্মী,-"মহারাজ! ঐনী করিস্থ লৈত্রবা মপাস্মোংগী শরুনা শাবা হকচাং অসিগী মপুদি মহারাজনা ওইবা য়াগনি! তৌইগুম্বস্থং ঐগী থম্মোইগী মপুদি মেরারগী নিংথৌজা নত্তে, বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুন্নমকী মপু ওইরিবা ইবুংঙো মহাক অহুনি। মাহাকী গুণদি থাহনা লোইবা নাইদে, মহাকী শক্তিদি অঙকপনি। ঐবু মানা য়াম্না হুংশিবি, ঐনা কপ্পা উরগা মিতুগী পি তৈথোকপী, মাগী থৌজানবিবা রাহে কয়ানা ঐগী থম্মোইগী অরাবা কোকহল্লি। ঐনা মাবু হেক কৌজরদা ইবুংঙো মানা লেনবিরক্তু,না ঐবু-কোনথংপি,কয়াদা কজখ্রবনো মহাকসে! অনোবা লোংবু ঙবজবা কুচুনি,কোকথক্তা রাহোংগী চুরানা লৈতেংলি, খোঙদা নূপুর শিরি, খুত্তা মোহন বাঁশী

পায়রি, মাগী মোগোন মোকপা মায়থোংদা জগৎ পুম্ববু শুমহৎপিরি, শুকশমদা বৈজন্তী মালা থোরি, থ্বাংনা মা ফিগেনা লৈতেংলি। অসুম ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা ঐগী থরাই হকচাং পুম্মক কথোকচপ্পবনি, ঐগীনি হায়বা করিঅমত্তা থাকচহৌজবনি, মাতনি ঐগী থরাইগী মপু হায়ববু।"

**অধরে সুধারস মুরলী রাজিত উরে বৈজন্তী মালা**<br>
**ছুদ্রঘণ্টিকা কটি তট সোভিত নূপুর শব্দ রসাল ।।**

মীরাগী মচিন্দগী অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিং অসি তাবদা রাণাগী পুক্নিংদা অচুম্বগী মতাল অমা কাওরক্লি। শ্রীরামচন্দ্রনা সীতাগী অশেংবা মচু থওনক্লবা মতমদা মালেম' থক্তা ওয়া-থোইনা সীতাগী মৈচাক থাওবতম রাণা কুম্বনু মীরাগী মথক্তা ওইদবা রাথল থম্বুবগী নিংতমদবা রাথমা মৈরি ওইহনা মশা, পুম্বা চাকথংলক্লে। মীরাগী ভক্তি উবদা নুংঙাম-কাবা রাণাগী থম্মোইসু মহি চেনখ্রে। নিংতম-দবগী মৈনা চাক্লহনা মীরাদা হায়রকই,—"মীরা! ঐবু তাক-পিয়ু, মীগী মরা থাজক্লবদগী সংতোন্দা অরাবা করা পীখ্রে।"

মীরানা মোমোন নোক্লহনা খুমকই,—"মহারাজ! মহারাজগী মমল যাম্রবা থম্মোইবু করিসু লৈত্রবা ঐগীদমক্তা

নিংঙমদবা রাথম্না কন্নিগী চাকহনগদগে, ঐদি করি'মতা রাজদে। ঐবু অচিক্পা য়ুম অসিদা থম্বিবা অসিনা অরাবা পীবগী মহুত্তা ঐনা নিংজন্নিবা রাথল অসি মহয়ন্নালহন-বিরবনি।

অরাবনা ফুন্থ'ননা রাণানা হায়রম্মী,—"মীরা! কোন্নুংদা অমুক হল্লসি,—ঐনা রাশক্লিবা অসিনি,—ওসিদগী-হৌনা কনাগুম্বা অমত্তনা নংঙোম্না করিগুম্বা অমত্তা হায়হল্লোই।

মীরান থম্মী,—"ঐগী গিরিধারীনা কৈবা মফম অদু ঐগীম্নু য়ুম্নি, কোন্নুংনি, অদুনা মহারাজনা চানবিদুনা ঐবু কোন্নুংদা অমুক হনবা হায়বা অসিতদি তাকপিরগনু।"

মীরানা চৎলি হায়না ময়াম্ববদা রাণা কুম্ভনা নিঙবা কায়বগী 'অরা' পোৎলুম পুদুনা চোকথরবা লম্বা চৎপগুম মা কোন্নুং মাইকৈ পাংথিরম্মী। মীরানা গিরিধারীগী পূজা তৌজদুনা অরা-অনা কয়াগী সেবা তৌদুনা পুক্নি লেনথা হৌরম্মী।



# চিতোর থাদোকপা

নোংমদি মীরানা গিরিধারীগী মাঙদা কয়হনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণবু শরুম্মী। মীরাগী মীরবা খোঞ্জেল অসি মালঙবনা হুমখিহনা পৃথিবী পুম্বা শন্দোকখ্রে, মশক খঙজবা থাপ্পবা লৈবাক অমদস্থ তারুরে।

ইশৈ লেপখ্রে!

মীরাবাঈনা মিং পাংথোকলকপদা সাধু অমা মাগী মনাক্তা লেপতুনা লৈরম্বহু উরম্মী। সাধু অহ্লাদ হৌজিক কাওবা মীরাগী ইশৈগী সুরদা তাওরি।

ঙৈহাক লৈরগা সাধু অহনা মমল য়াম্লবা মুক্তা পরেং অমা মঙকশমদগী লৌথোরুগা মীরাগী মমাঙমক্তদা থম্লহনা হায়রম্মী,—মুক্তা পরেং অসি ঐনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎচরবনি। মতম অমদা ঐহাক অসি য়াম্লা ইনাকখুনবা লল্লোনবা মুপা অমা ওইরম্মী, হৌজিক্তি ঐহাক সংসার থাদোক্কুনা

লম্বোইরবনি। লম্বোইবা ঐনা মুক্তা পরেং অসিবু করি তৌনরুখিনি? অহুনা প্রভুগী চরন্দা কথোকচরবা অসিনি।" মীরানা মুক্তা পরেং অহু লৌখৎলগা গিরিধারীগী ভকশমদা শিবিরে,--য়েংবদা কয়াদা নিংখিজরে। লম্বোইবা অহু ঙৈহাক্তং লেপ্লম্লগা তপ্না-তপ্না মপাল খোকখিরম্মী।

লম্বোইবা অসি অতৈ কনাসু নত্তে, মোগল নিংথৌরেল আকবরনি। মীরাগী রূপ অমসুং মাগী ভজনগী মিংচৎ তাবদা, মীরাবু য়েংনিংবনা মতম কুইনা খৌরাংনা চাইরক্লবা নিংথৌরেল্নি। তৌইগুমসুং মীরাবাঈদি মেবারগী নিংথৌগী সহধর্ম্মিণীনি। মরম অহুনা মুসলমান নিংথৌরেম্না মীরাবু উবদি ওইথোক্তবনি। অহুনা লৌশিং-শিংলবা আকবরনা লম্বোইবগী ফিজেৎ শেত্তুনা পুকনিংগী আশা থুনবা হাৎ-নরুবনি।

মৈবু ফিনা কুপত্তুনা থম্বা য়াদবগুম পাউ অসিসু লোত্তুনা থম্বা য়াম্রে, মাইকৈ মরিমক শিনবা থুংনা তানরক্লে,- "আকবরনা মীরাবাঈগা লোম্না উম্নখ্রে, চুম্ন' উম্নবতা নত্তুনা মাগী ইশৈদা পেল্লত্নুনা মুক্তা পরেং অমসু খুদোল ওইনা পীরম্লে।" অচুম্বা য়াদি লোত্তুনা লৈখ্রে, ওইদবা পাউনিংখোম্না মপাম্থোংদা শরা শনখ্রে। অতাবা মী পুম্নমক তুক্কচনবগী রাক্কম ওইরে।

রাণা কুম্ভ রাজপুত শাগৈগী মৈতাল অরাবনি। মজাতিগী ইকাইথুমবা ঙাক্নবগীদমক, মরৈবাকপু য়েক্নবগী মথৌগী কম্লনবগীদমক থরাইবু শাম্নপোৎকুম থন্দোকপ। ঙসা রাজপুত শাগৈগনি, থোইদোক হেন্দোক্না মুসলমানশিংগী য়েক্নবনি! নোংশাগুম থোরবা, নুংশুম থম্মোই কল্লবা রাজপুতনা অসুম্না মুসলমানশিংনা ইকাইবা পীববু করম্না থাওবা ঙমগন। অহুনা রাণা কুম্ভনা অচেৎপা রাণক পোৎলম্মা—“মীরাবু সংসার আসদা লৈহন্দ্রগতদা রাজপুতশিংগী মমাংদা তৌরিবা অমুবা কালি আস কোকনি।” অসুম্না অচেৎপা রাণক পোৎলহনা রাণা কুম্ভনা মীরাবাঈগা উমবা চৎলম্মী। মন্দির য়ৌরগা কৃষ্ণগী ঙকশমদা তগুপ-তরেং ঙাঙ্লিবা মুক্তা পরেং অদু উরগে। রাণা কুম্ভনা অশাওবনা লুতোন কারহনা মথোল নিঙ্কা হংলকই,—“মীরা! নঙনা মুক্তা পরেং অসি কদাইদগী ফংলুবনো?” মীরানা খুম্লমই,—ঐনবু কদাইদগী মুক্তা পরেং লোকুগদগে? ইবুংঙোনা মুক্তা পরেং থোরাংহনা মশামক্তা পুজরকপনি।”

মীরাগী পাউথুম অসি তাবদা রাণাগী মশা অদু অশাওবনা পুময়োম য়োমখ্রে। হু থম্না হাপ্লা তেঙ্গোৎ অমা পায়রহনা হায়রম্মী,—“মীরা! নঙ লৈরিবমথৈদি পাক্লবা জগৎ অসিদা ঐগী পিক্লবা মায় অসি থমকম লৈরোইদোরে, নঙনা

সংসার অসিদা হিংহুনা লৈরিবমথৈ ঐগী শান্তি লৈরে ইদোরে। মরম অসিনা ঐগী মায় অসি জগত্তা উৎপা ওম্নবা, অমদি ঐগী শান্তি ফংননবগীদমক হুগী তেঙ্গোৎ অসি পুন্থনা লাক্লিবনি,—হৌজিকমক ঐগী ইমাঙদা হু অসি থকু্না নপুরোইবনা হায়বা ইল্লু।

মীরানা কারিগুথা পাউখুম অমতা পীরমদনা হুগী তেঙ্গোৎ অহু লোরগা, শ্রীকৃষ্ণগী থুয়াদা হান্না কংলগা অমুক্তদা থক্তোকখিরম্মী। রাণানদি মীরাগী পুন্সি লোইরসহু হায়হুনা পীরিবা হুনি, মীরাদদি অমৃতগা মান্নপ্রে।

दधि मथ घृत काढ लियो डार दई छोई ।
राना विष को प्याली में ज्यो पीय मगन होई ॥

রাণা কুম্ভ ওকপগী ওমথৈ লৈরমদে। ওকপদগী অকিবা অমসু পোক্লক্লে। চপ লেপহুনা মীরাবু মুন্না য়েংলগা থমম্মী,—"অকিবগী মশক ওইরবা হু-নিকো! থজিক্তং থকপদা খুদক অহুমক্তদা মীওইবা কয়াগী থম্নাই মাঙনরিবনি, অহুবু মাদি হু তেঙ্গোৎ অমা থক্লগা লৈগী শর্ব্যাদা কথগুম মুংঙাইনা কমহুনা লৈরি।" অম্মা থমহুনা রাণানা ম্না কোম্হুংদা হনখিরম্মী।

মীরানা কৃষ্ণগী নাম শোনবা অসি তোকউ হায়বা ময়ারকত্রবদা রাণা-না হন্দকমুক্তি লৈগী য়েন্দাইদা লিল হাপচিল্লগা লৈ শাহুনা কৃষ্ণদা কৎলু হায়না থারম্মী। মীরানা চিংনবা লৈতনা য়েন্দাই অত্থু লোরম্মী। য়েন্দায় অত্থু হাংদোকপদদি লিন্দি কদায় ? য়েন্দাই মন্থুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা উরম্মী। হৌজিক ফাওবা রাণা-সে মীরাবু মশক থডত্রি মাবু ওং-নৈবিরি।

হৌজিক্তি মীরানা তশেংনমক খঙলক্লে,—"নিংথৌগী কোম্নুংদা লৈবসি শায় তিঞ্চং মরক্তা লৈবগা চপ মাম্নখ্রে, ঙৈহাক্তংবু ঈংনা পোথাজহুনা মবুংঙোগী নাম শোঞ্জবা ঙম্লকত্রে। মরম অসিনা য়ৈথাই-থিঙ্গাইব লৈতনা মবু ঙোগী নামবু ঈংনা শোঞ্জবা য়াবা মফম থিরগে হায়না লেপখ্রে।

অসোমদা রাণানস্থ মীরাবু চিতোরদগী তান্থে'কপা নত্তনা উপায় অমতা লৈত্রে হায়না খল্লম্মী। নিংথৌনা লেপ্পা মতুংইন্না রাজ সভা ক্ষম্লে। রাণা কুম্ভনা রাজ সভাদা য়াথং লাউ-থোক্লম্মী,—"মীরা-সে, মপুরোইবনা হায়বা ইন্দবী, ওক্তবী হুপী অমা ওইরবনি. মানা মেবারদা লৈরবাদ রাজপুতশিংগী লৈথা তাননবগী মরম ওইরগনি। মরম অসিনা মেবারদা মাগী থোংদাকম পীবা চুমত্রে, ঙসিমক মহাকপু লৈবাক অসিদগী তান্থোকখিগদবনি!"

মহারাজগী বজ্রগা মান্নরবা স্না য়াথং অসি ভাবদা রাজ সভা অপূর্ণা উন রাইমুক চিকখ্রে—কাও, তুমিৎ কাওবা পাইখিগ্রে, মথৌ চিন্নবা মালঙবা কাওব। ঙৈহাক্তং লেপ্তুনা নিংথৌগী অকনবা য়াথং ভারি। নিংথৌগী য়াথংবু কনানা হিক্তে কপা ঙমগনি ? তশেংনমক মীরাবু মেবারদগী তাম্থোক-খিরম্মী। মীরানা মোমোন নোকপা মায়থোংনা মাঙ থারদুনা শ্রীহরিগী মূর্ত্তিবু কোপ্পরগা, অথেঙবা অহিংদা মপোক'সিনগী চিতোর থাদোক্লম্মে।

নিংথৌগী মঙ্গাইবেম্মনি, নৈবাক অমগী রাণীনি, স্না কোন্নুংগী সনথোঙ কাওবা য়ৌত্রিবী মীরানি। ওসি মীরানা চংকদৌরিগা লম্বী লমশাঙ'সিদি,--উমং কয়া শমগদৌরি,, তুরেল কয়া লানগদৌরি, শা, কৈ কয়া থেংনগদৌরি.— কনানা লওাজংবিগনি, কনানা কনবিগনি ? মীরাগা লোয়-নজরিগদি গিরিধারীগী মূর্ত্তি অসিতনি। করিগী রারুনি ! মনাইবু নিঙবিবা শ্রীহরিনি, জগৎপু লানবিগে হায়দুনা অমতার তৌরিবা মাহাক্কি, মীরাস্থ মাগী ভক্তনি, ভক্তবু করিগী থাদোকনি। থৌজাল হৈরবা শ্রীহরিনা মনাইগী থুজেং পায়দুনা চিংলকই মীরাবু "মাগী" চরণ তম্না।

**'মীরা প্রভু সংতন সুখবই ভক্ত বচ্ছল গোপাল।।"**

# মঙাল ফাওরকপা

মীরানা লম্বী লমশাং অসি মতোমতা লাক্লি ভশেংব-মক্লি "ইবুংঙো" মাবু উনিংবা, ফংনিংবা মীশিং অহুগী মরাইবক্তি অসুম থোক্কদবনি। মথোয়শিং অহনা লম্বী লমশাঙ চৎভুনা ঈশ্বরবু থিবদা মতোমদা চৎকদবনি।

মতাং অসি মীরাগী পুন্সিগী য়াম্না অরুবা মতাংনি অহুগা অমরোমদা লাইবক ফবা মতা'নিস্ন হায়বা য়াই। মতাং অসিদনি মাহাক্না মীওইবগী পুন্সিদা লৈরিবা অমম্বা ময়াম অসি লান্থোক্তুনা থ্বাইনা উবা ফংত্রবা তোপ তোপ্পা মঙাল অমা উবা ফংলিবা।

মীরাদি থোনা ফরবা রাজপুত শাগৈদা পোকপীনি, থোনা ফবীনি, কৃষ্ণবু থোরাংবনা থম্মোই থুঙ্কৎখিহুনা লম্বী লমশাঙ অসি মতোমদা লাক্লি। থুদং কয়া লান্দুনা চৎলি, উনবা থেংনবা মী পুম্নমকপু আশীর্ব্বাদ ভৌরি। ষঞ্জেল নহা কাংবুনা মাবু ওক্কদবগী, সেবা তোগদবগী ভাইরি। মীরানা

মাগী "চন্নখোইরবগী" মুত্তি অহু কোল্লহুনা লেপ্পা লৈতনা চৎলক্নি !

অঙাং ওইরিবা নিংখোমচা অমনা মাগী মরুপ থরদা হায়খি,—"মীওইবন লৈকোল অমদা গুলাপ পাম্বী লিশিং-লিশিং থারি। মখোয়না খিরিবা পোৎশিং অহু গুলাপ অমদা নপ্রগা ঈশিং মরিক অমদা ফংবা য়াই, অদুগা মখোয়না তশেংনা খিরিব অদুদি ফংবা ঙমদে। মখোয়না খিদি-খি অহুবু ফংবদি ঙমদে। মখোয়গী মমিং অহু তাঙলবনি। খম্মোইনা খিরিবশিং অহুতনা "অশেংবনি।"

মীরাদি লম্বী লিশাঙ-শিংনা মতোমদা খম্মোইনা খিরিবনি, কপ্পা কপ্পা খিরিবনি :- "হে! চান্নখোইরবা নঙবু কদাইদা লৈগ্রবগে ?" হায়না খিরিবনি।

মীরাগী ইশৈনা ঐখোয়দা করি হায়রি অমস্নুং মাগী ইশৈগী মন্নুংদা অর্থ করিনো হায়বহু মাহাক্না খিরকপগী থাক মঙ অ সদগী খঙবা ঙমগনি :—

১। মশাবু মশক খঙজরকপগী অহানবা থুদম্দি মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী য়াহং :—"ঐগী বর কদায়দা লৈবগে ?"

২। ঙৈহাক্কী ওইবা স সার অসিবু মশক খঙলকপদা মীরানা হায়রি.—"সংসার আসদি লেপ্পা নাইদনা চৎখ্রি, ঐগী ইবুংঙোনা পুন্নমক্নি।"

৩। মথংগী থাক্তা মীরানা অমকপনা কুপশিল্লম্লবা মাগী আত্মাবু মথং মথং "শেংদোক্লক্লি।" মতাং অসি মরক মরক্তা জ্ঞান মাঙবা মতাংনি,—অসিগুম্বা মতাংনি, মাহাক্লা করিগুম্বা মতমদা স্বর্গ অসি কিস্থরকপগুম থল্লি। অহুবু মাদি খোঙকম চেৎনা লেপ্লি। মীরানা হায়রি,—"নহাকপু নত্তনা হে চাম্লথোইরবা, ঐদি সংসারবু পামজদে। ঐগী পুম্নমক হায়ববু নহাক্লি!" মগ্র অসিতান মহাক্লা হম্মা হম্মা শোল্লিবা,—"হে! মুংাশথোইরবা, ঐগী হায়ববু নহাক্তনি!"

৪। অসিগী মতুংদা মীরাদা মঙাল অমা কাওরক্লে; ইবুংঙো, মাবু উরক্লে,—ফজবা খিবিকী তুংনকম ওইরবা অমস্তুং গুণ খিবিকী চঙজফম ওইরবা শ্যামগী অহুগুম্বা শকখম অহু।

৫। পুম্নমক অসিগী মতুংদদি ইরোই-লোইবা থাক,— অশেঙবা ভক্তগী পুন্সিগী পস্থুংফম, ঈশ্বরগা অমতা ওইনা তিনশিন্নবগী থাক্তা য়োহল্লি। থাক অসিদদি মাগী মশাদা তৃষ্ণা (খোরাংবা) লৈত্রে। সংসারগী পোৎ পুম্নমক অসিগী অপাম্বা অমতা লৈত্রে। ইবুংঙো মাগী থুম্না থম্বালতবু মিকুপ খুদিং জাই-জরিবী মীরাগী আত্মা অহু মবুংঙোগা অমতা ওইনা তিন্নংগ্র।

ঈশ্বরগা অমতা ওইনা তিন্নরবা থাক অসিগী মথংদা করি লৈরি? য়ামদ্রবদা মী থরদগী ওইরবম্থ সংসারদা অমুক

চৎশিল্লকপগী থাক অমা লৈত্রবরা ? থাক অসিদদি আত্মা জ্ঞান কংলবা ভক্তশিংনা অরা-অনা-না থল্লবা জগৎ অসিদা ঈশ্বরবু সেবা তৌজবদা হুংঙাইরি। ভক্তনা হায়রি,—“মাহাক্না খোঙজাম্না ঐবু মাগী চরন্দা চিংশিনাবরবনি। হৌজিক্তি ঐনা ইবুংঙো মাগী মচাশিংগী মকমদা শোয়দনা হন্দবা য়াদে; মরমদি মখোয়শিং অহুদি সংসারগী অরা-অনা-না মখোয়বু পুম্মুনা থম্বিরে, অহুনা ঐনা মখোয়বু সেবা তৌরুদবা য়াদে, মখোয়বু শেংদোকপিনবা লম্বী তাকপিরুদবা য়াদে।”

অসিগুম্বা অরোইবা থাক অসি য়োরবা মতুংদা মীরানা ঈশ্বরগী খোদা পাঙথোক্লবা হায়হনা মীওইবদা ঈশ্বরগী নামবু খোল্লি। মবুংঙোগী নামবু প্রচার তৌনবগীদমক্তা কীর্ত্তন, নাম কীর্ত্তনা থ্বাইদগী কেন্না মরু ওইবা অমম্বুং অরাংবা থাক্না সেবানি হায়না লৌরম্মী। মরম অহুনা মীরানা ভক্ত মন্দলী মচা মচা শেমগৎলম্মী।

—

## কৃষ্ণগী কৃষ্ণ ভাক্তা

যাত্রিক অমা ওইনা লাইকম কয়া কোয়"রি। লখী লম-শাঙচৎপদা মীরানা শোল্লিনা হাইহে অমত্তংদি,—"হে কৃষ্ণ! ঐগী হায়বগু নত্তনি!" মসিত্তনি মীরাগী থম্মোইনা থোরাং-লিবা। মীরানা সংসারগী লন-থুম, কোন্নুং, স্বর্গ অমতা পামজদে, কৃষ্ণতমু পামজবনি।

জগৎকী লমজীং পীরিবা মহাত্মাশিংগী থোন্নাও-"মোহগী লিপুন থাদোকও!" হায়বা অসিত্তা'ন মীরাগী শেরেং হায়বনু। মীরাগী থম্মোইদা থোরাংবগী মৈরি অমা চাকথংলক্লি, মসিনা সংসারগী ওইবা পোৎ পুন্নমক্তা নত্তনা স্বর্গগী ওইরবা পোৎ কাওবা চাকথেকপা ওম্মী, মেরি অসিনা মীরাদগী মাগী মবুংতো মত্তনা মাগী থম্মোইদা লৈরবা পোৎ পুন্নমকপুদি চাকথোকখ্রে।

মীরানা লথীদা উরবা মী পুন্নমক্তা কৃষ্ণগী নাম য়েন্নি। মাগী সেবা হায়বমু কৃষ্ণবু পূজা তৌজবা। অসিনা মাগী অথোইবা সেবানি।

পাতঞ্জলিগী অথোইবা সূত্র অমদা হায়রি, ঈশ্বরদা মশাবু কথোকপা ওইবা মী অদু সমাধি ফংলবনি.’ “মীরাগী লৈজবা পূরমক ইবুংঙো মাগী খুয়াদা কথোকখ্রবনি, মাগীনি হায়বা করিগুম্বা অমতা থাকহৌদ্রবনি। মীরাদাদ সংসার অসি মায়ানি, পুন্সিগী হুংঙাহবা পূরমক ঙৈহাক্তগীনি। মাগী লল, মাগী হুংঙাইকম হায়ববু ইবুংঙো মানা লোইরে। “মাবু” কোয়না থিবদা মীরানা ইশৈ শক্লি, কপ্লি, মমিত্তগী মপিনা অতৎপা লৈতনা তাম্লি। মানা কৌজরি,—“কদাইদা লৈখ্রবগে ঐগী চামথোইরবা ?॥

লম্বীদা চাইারবা নুং মচাশিংগী মথক্তা পকপা উফুলবু কুমগী নোং তারকপদা চামথোকখিগুম মীরাগী থম্মোইস্থ মিংকী পিতন: চাথোক্লবনি। মতম অমদা বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা গোপগী মচা-মত্তশিংনা হয়াউনা চেনশিল্লকপগুম মীরাবু উবদা অহুগুম্বা অঙাংশিংন: ওকদবগী চেনশিল্লকই। অঙাংশিংগী চয়বা মায়থোং অমসুং শেংলবা থম্মোই উবদা মীরানা হুংঙাইবা পোক্লি। মীরানা মখোয়গী মায়থোংদা য়েংলগা হায়রি,—“কয়াদা ফজখ্রবা শকফমো! শ্রদ্ধগী শকফম্রি!” ভক্তিগী শককমনি!”

অঙাংশিং অহুম্থ মীরাগী ইশৈদা য়াওরি। মখোয়না মীরাদা য়েংলহুনা কপ্লি,—ইমা! নচাশিংবু আশীর্ব্বাদ

তৌবিয়ু !" মীরানা অঙাংশিং অসিগী মমায়দা কৃষ্ণ লোত্তুনা লৈবগুম উরি। মতম অমদা গুপী'লক্তগী রাণী ওইরম্লিবী মীরাগী নোরবা থুৎশা অতুনা তিংথোক্তুনা অঙাংশিংদা নির্রি–"পিরো, নখোয়না পীগদবা করিনো !" চাকনিবী রাণীনা লাঈরবা অঙাংশিংদা হায়রি, :—"নখোয়না পীগদবা করিনো, পীরো !"

অঙাংশিংনা মীরাগী চাননবা, চাক, শঙোম অকম্বা, মনা মশিং থরা থরা পুরক্লি। মতুবু মীরানা হুংশিবগা লোয়নননা লৌরি। মতুংদা মমিত্তা পিগী ইরা চেল্লহুনা মারানা হায়রকই,—"হুংশিরবা অঙাংশা ! মতৌ করম্না ঐনা নখোয়দা আশীর্ব্বাদ তৌসিগে ? নখোয়না ঐভোন্দা নখোয়গী থম্মোইগী মপান নাইদনা হুংশিবা অতু পীরে।"

কৃষ্ণবু খোল্লাংলবী মীরাগী থম্মোইনি। ভক্তিনা থল্লবী মীরানি, ভক্তিদা ঙাওরবী মহাক্নি।

সনাবু মৈদা চঙলগা শেংদোকপগুম মীরাগী আত্মাসু ঈশ্বরবু হুংশিবদা অমসুং মাবু খোল্লাংনা ঙাইজবদা শেংদোক্ল-বান। অদুগা আত্মাবু শেংদোকপা হায়বসিদি পুম্নমক লোইনা থাদোক্কদবনি হায়বাদ (১) সংসারগী মায়া (২) জীবগী হোৎনশা ওইরবা হুংশিনবা পুম্নমক অসি থাদোক্লবতদা আত্মাবু শেংদোকপা ঙম্লিবনি। মায়াগী পোৎ পুম্নমক আস

থাদোকপা ওম্লবা মী অহুদি মঙোন্দা ঈশ্বরগী অপাম্বা নস্তনা করিগুম্বা অমতা লৈত্রে!

ৱারি মচা অমদা অস্রম্না হায়রি,—পণ্ডিত অমনা ঈশ্বর ফংজগে হায়দুনা মতম কুইনা ঙাইজরম্মী। মাহাক্না মমৈথংদা কপ্লহুনা হায়রকই—"হে ঈশ্বর! ঐঙোন্দা অচুম্বা লম্বী তম্বিবা ওম্বা মী অমতদি উহনব্রিম্‌।" থুদক অহুমক্তদা পণ্ডিত অহুনা খোঞ্জেল অমা তারম্মী,—"লাইগী মন্দিরদা চংলু, মফম অদুদা মুপা অমা থেংনগনি, মাহাক্না নংঙোন্দা পুণ্যগী লম্বী তাক্লকনি।"

মকম অদুদা চংলুবদদি পণ্ডিত অহুনা লাঈরবা মখোঙ তেকপা, অতেকপা মখোঙ অদুদা উফুল রাইফুল ওাক্তা তৈরবা মুপা অমা থেংনরুরে। পাণ্ডত অহুনা মাঙোন্দা হংলম্মী, "নহাক কদাইদগী লাকপনো?

মুপা অহুনা খুম্লকই,—"ঈশ্বরদগী"।

পণ্ডিত অহুনা অমুকন্থ হংলম্মী,—"নঙনা ঈশ্বরবু কদাইদা ফংলুবগে?"

লাঈরবা মুপা অহনা খুম্লকই,:—"ঐনা মাবু ফংলুবদি করি' মতা য়াওত্রবা মতমদা ফংলুবনি; মোহ, মায়া পুম্নমক থাদোক্লগা ফংখিবনি।"

মীরানা হৌজিক মোহ, মায়া করিʼমতা য়াওত্রবনি, কৃষ্ণগী ভক্তিদা লুপ্লবনি, কৃষ্ণ ফংনব: কোয়থি থিরিবনি।

কৃষ্ণনা মীরাগী পুন্সিগী মৈরা ওইরবনি। মাহাক্না চৎলিবা লম্বী অদুস্ত কৃষ্ণ ওইরবনি। মাহাকী খোঙথাং থুদিংদা আম্মাগী থোরাংবনা থল্লি। কৃষ্ণনা মাগী থম্মোইবু ফাজিনগ্রবনি, চৈনাখোল কয়া কাওগ্রবনি! প্রেমগী কাথৎপা লম্বীদি অঙম্বনি। মীরাগী থিজবগী লম্বীস্ত অঙম্বনি।

মীরাগী মমিত্তা কৃষ্ণ ঙাক্তা উরে। ষুমিৎ, থা, থরা-শিচাক পুম্নমক্তা কৃষ্ণতবু উরক্নে। লৈ থুদিংদা, উপাম্বী থুদিংদা, উচেক পুম্নমক্তা, নুং থুদিংদা ইবুংঙো মাগী কজবা য়াওরি। বসন্তগী পুক্নিং চুরবা দৃশ্যদস্থ "মহাকী" কজবা য়াওরি। ইবুংঙো মাহাক অসিবু আম্মা থুদিংগী মমাইদা ঙাক্লিবা মঙাল মত্রা?

মীরাগী ষুংঙাইবগী থাক অমা হেজংলক্নে,—হৌজিক্তি মহাক তুমিন্না লৈরে। কৃষ্ণদা মা ঙাংত্রে, তুমিন্না কৃষ্ণবু য়েংচুনা লৈরে, কৃষ্ণনস্থ মাঙোন্দা তুমিন্না য়েংলি। থাক অসিদা মীরানা লৌরিবদি জগত্তা লৈরিবা জীব পুম্নমক অসি "ইবুংঙো" মাগী রূপ ঙাক্তনি হায়না লৌরে।

---

# বৃন্দাবন লীলা

বৈষ্ণবশিংগী অথোইবা তীর্থ বৃন্দাবন য়োম্নকপদা, বৃন্দা-
বনগী জীব' পুম্বা অথোইবা ভক্ত লাকপা উবদা হম্নাউ
মথোই কাজম্নি—হৈম্নাং-লৈম্নাং অপুম্বা মকা কম্না শাৎলক্লি,
ম্নাহোং লাবা অমোমস্থ লৈনা জগোই শাজম্নি, য়াঙ্গংলবী
জাহ্ববীশু তনিক-তনিকচম্নক্লি মহৌশাগী হম্নাউমিনোক্ষা ভক্তবু
তম্নাম্না ওকচম্নি।

বৃন্দাবন্দা শ্রী:চতন্য মহাপ্রভুগী অথোইবা ভক্ত জীব
গোস্বামী কোথা অমা লৈরম্মী। মীম্নানা মাবু উম্ননিংবনা
লাংতক্ষরম্মী ; মন্দিরগী সনথোঙদা লেপ্পগা গোস্বামীবু অমুক্তা
উম্নজগে হায়না পাউ থারম্মী।

গোস্বামীনা পাউ হম্নম্মী,—ঐদি কদোৗৈদম্ব মুপীগা
উম্নদে !"

গোস্বামীগী পাউথুম অসিগী অমুক্তা হম্না মীম্নানা
পাউথুম অমা থারম্মী,—হে মহাত্মা ! ঐনা খঙজবদি বৃন্দাবন্দা

লৈরিবা জীব পুন্নমক অসিগী মখুংদ। হুপাদি গিরিধারী শ্রীকৃষ্ণ মভোমদনি, অহুগা অতৈ পুন্নমক্তি হুপী ভাক্তনি হায়না থঙৈজে। অহুবু মহাত্মাগী পাউথুম অসিদগী ঐনা থজবদি কৃষ্ণগী মপাং অনিত্তবা কৃষ্ণ অমত্তু বৃন্দাবনদা লৈরবোরে।" হায়না থজরে।

মীরাগী পাউথুম অসি তাবদা গোস্বামী খুক লাউরম্মী। পাউথুম আসনা মহাক্কী থম্মোইদা অচুম্বগী মঙাল অমা শীরম্মী। হৌজিক্তি গোস্বামীনা চিংনবা লৈতনা য়াগিংলে মহুদি, মীরা অসি ইচম-চম্বী শ্রীকৃষ্ণগী গুণতবু শকচবী হুপী অমা নত্তে, তশেংনমক অথোইবা ভক্ত অমনি।

জীব গোস্বামীনা মন্দিরগী থোঙ লাউনা হাংদোক্কনা মীরাবু তরামা ওক্লম্মী।

বৃন্দাবনগী গোপ-গোপীশিংনা মীরাবু কয়াগী মতিক তরাঙ তরামা ওকচরিবা! মখনা লম্বী সড়ক লান্দুনা লাকপদা হুপী-অঙাং পুন্নমক। ইমুংদগী চেহোরক্কনা মাগী মথোঙদা ছুররি। নোমুক্কা চঙজরক্লি। মীরাগী মায়থোং য়েংহুনা মানা শোগিবা মমল নাইত্রবা য়াহৈ অমতং—গোবিন্দ! গোবিন্দ! গোবিন্দ! হায়বসি মুন্না তারি। ইচম-চম্বা লোন্দা, 'হুংশিবগী' য়াহৈদা, মমল নাইত্রবা ভক্তিগী মন্ত্র—মশাবু কথোকচবগী অথোইবা মন্ত্র তম্বিরি মীরানা।

মখোয়না হায়রি,—"লাইবক ক্ষবী মীরা! মতম কুইনগী মমাগুদা শ্রীকৃষ্ণগা শম্নরুবদগী অমদি মাগ, তিম্নরুবদগী অশেঙবা মক্ষম ওইহৌরবা ব্রজধাম অসি নহাক্না শোকপদা অমুক্না হেন্না শেংহল্লে।" খরনা হায়রি,—মীরাগী ইশৈনা মতম কুইনা কাউথ্রবা রাস লীলাগী ভাবপু অমুক হন্না নিংশিংহল্লে।" কনা অমনা অমুক হায়রি,—"মাহাক্না কৃষ্ণগী প্রেমদা ভাওরহ্নুনা জগোই শারকপা মতমদা কৃষ্ণবু অমুক হন্না উবগুম তৌরি।" খরা অমনা অমুক হায়রি,—"মহাক্না মখোঙ ময়াদা ফম্বা মতমদা অমদি কৃষ্ণগী ধ্যান তৌরিবা মাগী মায়খোং উরগা ঐখোয়স্নু শ্যামগী মনাক্তা লৈবগুম খল্লি।"

খরনা শোম্নরি,—"কয়াদা নুংশিথ্রবনো মাহাকসে মতম অমদা লৈবাক অমগী রাণী ওইরম্বনি, ঙসিদি চাক্রিবীগী কিজেং শেঙ্গুনা বৃন্দাবনগী লম্বীদা কোয়না চংলি। মঙ্গল ওইসন্নু, খোজানবিসন্নু মীরাবু।

যজেল-নহাশিংনা চেনশিল্লক্তুনা মখোঙদা তুরারি অমসুং আশীর্ব্বাদ নিরি,—"হে লাইবক ক্ষবী! নংগীদমক্তা যঙ্গোম পুরক্লি, যঙ্গোম অসি থকউ, ঐখোয়বু আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু।"

ব্রজগী মীয়াম্না নোম্লুক্না হায়জরি,—"হে খোইদোকহেন্দোক্না শেংলবী! মতম কুইনা কাউরবা ব্রজ গোপীশিংগী

ইশৈদো ঐখোয়বু অমুক্তা হন্না তাহনবিয়ু।" মীরানা তপ্না তপ্না মাগী রাহৈ অমতগী ইশৈ—"গোবিন্দ! গোবিন্দ! গিরিধারী! গিরিধর নাগর! শক্লি। মীরানা ইশৈ শক্লি, কপ্লি, নোক্লি, মমৈথংদা রাহ্ন্রি। মাহাক্না তৌরিবা আসবু রাহ্ন রবরা নত্রগা মবু ঙোগী তম্পাক্না পোত্থরিবরা?

মীরানা মুমিৎ খুদিংগী কৃষ্ণবু লৈতেংজে, শ্যামগী মমাঙদা কীর্ত্তণ শকচে, মসিতনা মাগী মুংঙাইবনি। বৃন্দাবনগী উরি-রারিশংবু মুমিৎ খুদিংগী য়েংজে,উ পাম্বী অমমুং ঙনা থুংদিনা মীরানা হায়রি, —"লাইবক কেদকো নখোয়সে! ঐমু মপোক মপোক খুদিংগী নখোয়গা লৈমিন্নজগেকো।"

মীরানা কৃষ্ণবু মকম খুদিংদা উরি। লৈগী লৈকা খুদিংমক, উগী উনা খুদিংমক, নুং খুদিংমক কৃষ্ণগী ঙাক্তনি। মাহাকন্তু কৃষ্ণগীনি। মীরানা নশামকপু মশানা কৌজ্রি—প্রেম দিৱানী [মুংশিবনা ঙাওরবী]।

মাগী কীর্ত্তন্দা, মাগী রাথন্দা বৃন্দাবনগী কুঞ্জ খুদিং কোয়বদা মাগী ঙারকপা মপিদা, মানা শক্লকপা ইশৈদা মীরানা কৃষ্ণবু পূজা তৌজবনি, মসিতনা মাগী পুন্সিগী অচুম্বনি হায়না লৌরিবনি।

# দ্বারকা

মতম খরা লৈরগা মীরানা বৃন্দাবন থাদোক্লম্মী। মী খরনদি মাহাক অমুক হন্না. মেড়তাদা চৎখি হান্নবৈ, অদুগা মখম অদুদগী অমুক দ্বারকাদা চৎখি হায়।

কাখিয়া ওয়ারদা, সমক্রুগী মপান্দা কৃষ্ণনা দ্বারকা হান্নবা মফম অসি শেমগৎলম্মী। মফম অসিদা কৃষ্ণগী অন্তর্ধ্যান ওইখিবনি। থাইনা মমাংঙৈগী দ্বারকাগী অর্থ, দ্বারকা "সনথোঙ য়াম্না পানবা সহর" হায়বনি। কৃষ্ণনা তম্বিরম্বা অর্থনা অসিনি,—ঈশ্বর ফংবা হায়বসি লম্বী কয়া মরুম থোক্না চঙবা য়াই, লম্বীশিং অদুগী মথুংদগী লম্বী অমদা ঐগী ভক্তশিংনা অশেঙবা অমসুং শুংশিবা পুকচেলগা লোয়নননা ঐবু পূজা তৌজগে হায়না চঙজরক্লবাদ, ঐনা থোঙজিন্দা লেপ্তুনা মথোয়বু হরাউনা ওকনি।"

মতম পুন্নমক্তা পুন্যগী মশক ওইরবা দ্বারকাবু উবদা মীরানা ওমথৈ লৈতনা হরাউজরম্মী। মহাক্না দ্বারকাতবু

তশেনে উরি। দ্বারকাগী লম্বী নত্তনা অতৈ লম্বী পুম্নমক অত্তুদি মশেন মরাং উরি। দ্বারকাগী উপাম্বী খুদিংনা, ইথক্লা মীরাবু খঙবগুম তৌরি। মতম অমদা মীরাগী চান্নথোকহৈরবা কৃষ্ণদো দ্বারকাদা লৈরম্বনি মরম অত্তুন মফম অসিদা লৈরিবা হৈপাল লৈপাল, ফণবা-যম্নাও পুম্নমক্না ইবুংঙো মাগী থৌজাল ফংলবা ভাক্তুনি। সমক্রুগী মপান্দা, মাগী তাইবং শুমহৎপা বাঁশীবু অহিং-নুংথিল থায়দনা নোংজু নুংশা থিদনা খোংলম্বনি।

"নুংশিবা" অমসুং "নোংল্লকপবু" খম্মোই খম্না হাপ্তুনা সমক্রুগী মপান্দা লেপ্তুনা মীরানা কৃষ্ণগী প্রেমদা ভাওরি সমক্রুগী ইথক হোরকপদা মীরাগী খম্মোইদম্ন শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী ইথক হোরক্লি, ইশৈনা কোংদোক্লি। মমাঙদা মতুংদা অকোয়বদা মফম পুম্নমক্তা মীরানা উরি—কৃষ্ণ,কৃষ্ণ!

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অশেঙবা মফম ওইরবা শ্রীরাঞ্ছোর মন্দিরদা মীরাগী মতম লেপ্লম্মী। মন্দির অসিদা মবুংঙোগী গুণবু শক-শোন্দুনা পুণ্যগী লম্বী তাল্লম্মী। মীরাগী মাচন্দগী কৃষ্ণগী নাম তাবদা ভক্ত কয়া কয়াসু মাগী মতুং ইল্লক্লে। ভক্তশিং অসিগা লোয়নননা ভক্ত-মন্দলী মচা অমসু শেমগৎ-লম্মী। দ্বারকাদা মীরাগী মন্দির অমসু শারে। অথাপ্পা লৈবাক কয়াদগী বৈষ্ণব, সন্ন্যাসী অমসুং সাধুশিংনা মফম

অসিদা তীর্থ কোয়বা লাক্লম্মী। ময়াম্না অমুম য়েংনরকপদগী মীরাবাঈগী মন্দির অসি বৈষ্ণবশিংগী অথোয়বা তীর্থ অমা ওইথি।

থবান থানি। শ্রীকৃষ্ণগী জন্মষ্টমী তিথিনি।

ঙসদি মীরাবাঈগী অনৌবা মন্দিরদা চাওরবা উৎসব অমা তৌর। অথাপ্পা লমদম কয়াদগী মী লিশিং-লিশিংনা উৎসব অসি য়াওননবগীদমক দ্বারকাদা লাক্লম্মী। ঙসিদি মীরাম্ম হুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউরি। উৎসব অহুদা পেন্দবা কনা য়াওরি, কনাগী করি য়াৎলি হায়দুনা মীরানা মাইকৈ মরি কোয়না চত্তুনা য়েংলম্মী। মী কয় কয়ানা মথুৎ তিথোক্তুনা মীরাগী খুয়া উফুল নার, কনা মনা উফুল ফংদ্রদুনা মথোঙদা তুবম্ম য়াওরি।

অম্মা সাধু, বৈষ্ণব পুম্নমক লাওনরিঙৈ মতম অসিদা শগোল শামু, রথ-দোলাই অমম্মুং পুং ঝাগ-মোইবুংগী খোঞ্জেন্না মাঙ থারদুনা পুক্লিং হুনা নিংথিজরবা চাওরবা সভা অমা মন্দিরগী মাইকৈরোমদা চঙশিল্লক্লি। মন্দিরগী সনথোঙ য়োরক-পদা সভা অহু লেপখ্রে। তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক ইঙকঙক্লা তুমিন্না য়েংলম্মী,—'থোদোক অসিবু করিনো?—কনাগুম্বা ধর্ম্মচেনবা নিংথৌনা উৎসব য়েংগে লাক্লিবরা!

দোলাইদগী লেংথরক্লে রাণাকুম্ভ—মীরাগী মপুরোইবা।

শংবাম্ববা আতিয়াবু অমুবা নোংনা কুপখিবদা অতিয়াগী অশেংবা মচু মাঙখিবগুম রাণা কুম্ভগী থম্মোইস্ত অরানবা রাথন্না মতম কুইনা কুপখিনদগী মীরাগী অশেঙবা মচুবু উবা ফংলমদবনি। নোংনা হাইদোকথ্রগা আতিয়াগী অশেঙবা উবা উবগুম রাণা কুম্ভস্থ অরানবা রাথন্দগী নাম্বোক্লকপা মতমদা মীরাগী মক্তুবা মচুবু তশেংবা উবা ফংলে। মীরাবাঈগী কন্নিগুম্বা মরাল অমতা লৈতে, ধর্ম্ম চেন্নবী অমস্তুং অশেঙবা পুকচেলতনা মাগী ওইজরবী মীরানি হায়না থগুলক্লে।

রাণা কুম্ভনা মীরাদা হায়রম্মী,—"মীরা! ফত্তবা মীশিংগী নাহৈগী লাংদা থুক্লবদগী ঐনা নঙবু অরাবা কয়া পীখ্রে মহুগীদমক ঐবু ঙাকপিয়ু; নঙনা চিতোর থাদোককুনা চংখিবা হুমিং অহুদগী হোরহুনা চিতোর আস অরাবা লৈচিন্না কুপখ্রে। প্রজাশিংনা হায়নরে—'ঐখোয়না রাজিবা, নংলবা অসি নংঙোন্দা তৌখিবা পাপকী থবকশিং অহুগী মহয়নি।' ঐনা নংঙোন্দা তৌখিবা পাপকী থবকশিং অহুগীদমক ঐবু ঙাক-পিয়ু হায়জবা লাক্লিবনি। মীরা, ঐবু থোজানবিয়ু অমুক্তদি চিতোরদা হল্লুখিসি!"

মীরানা হনসি হায়বা য়াত্রবদা রাণাগী আশা পূন্নমক মরুঝুক্লা কায়রম্মী। রাণা--না চিতোরদা হনজ্রগা, মীরাবু

থেমহুনা অমুক হন্না চিতোরদা পুরক্লবা হায়দুনা ব্রাহ্মণ খরা থারম্মী। ব্রাহ্মণশিং অহুনা মীরানা তৌরিবহৃ উবদা ওক্লম্মী! মীরাদি মাগী কীর্ত্তনদা লুপ্লি!

ব্রাহ্মণশিং অহুনা মাগী থোওজিন্দা ফম্লদুনা হায়রম্মী,—"হে পুকচেল শেংলবী নহাক য়াওদনা ঐখোয় হল্লরোই। নওনা ঐখোয়গা লোয়নননা চিতোরদা অমুক হল্লিবা কাওবা ঐখোয় করিমত' চা-থক্লোই।"

মীরান থক্লে,—"ব্রাহ্মণশিং অসিবু চরা হেলহন্দুনা থম্বদি পাপকী মশক্লি।" মাহাক্না ব্রাহ্মণশিংদা হায়রম্মী,—ঐতোন্দ' মতম খজিকং পীবিখো; মন্দির মমুং চওদুনা ঐগী চায়থোইবগী মকমদগী বিদায় অমুক্তা লৌজরুথিগে, ঐনা চিতোরদা হল্লিজদা মাগী থৌজাল অমুক্তা নিজরুগে।"

তুমিদাং রাইরম ওইশিল্লক্লে; কোরৌ হনবমু নোংচুপ চীংয়া থাংলক্লে, মুংশাগী নৈশাসু হম্বরক্লে। মীরা মতোমদা মন্দির মমুং চওখ্রে। মীরানা গিরিধারীগী মাওদা তুমিন্না লেপ্লগা শোল্লকই,—থরাইদগী হেল্লবা! হে মুংশিখোইরবা! ঐগী মিত্তা, থম্মোইদা নওতবু উরি! অসিগী মতুংদা ইশৈ···।

মীরানা থোও লোনখিল্লগা গিরিধারীবু খুরুমজরি। লেংবদগী লেংলবা ইবুংঙো মাগী মুংশিরবা মনম্না মন্দির মমুং অহু য়োমখ্রে। মীরানা কৃষ্ণগী মাওদা জগোই শাজরি।

মীরানা হন্না হন্না কোংদোকচরি,—হে ! ঐগী থম্মোইগী লন ওইরবা ! ঐগী থম্মোই ওইরবা ”

ন্নুমিদাং ওইশিল্লক্লে মীরানা মবুংঙোগী মায়থোংদা সন্ধ্যারতি কংলি। ন্নুমিদাংগী পূজাদা অমমম হৌথিহ্নুনা নোংয়াইগী পূজা য়ৌশিল্লক্লে। মীরাদি মপাল থোক্লক্লে।

কনা য়াম্না কুইরে,—

মীরা, মপাল থোক্লক্লে। মীরান কৃষ্ণগী মূর্ত্তি কোনগে হায়হ্নুনা মথুং তিংথোক্লম্মী। মতাং অসিমক্তদা ঝারিনস্তু হায়রি,—কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অহুনস্থ মীরাবু কোনগে হায়হ্নুনা মথুং তিংথোলকই !”

মীরা জ্ঞান মাঙহ্নুনা ঝাহ্থরে। মমিত্তুগী পিনা অতংপা লৈতনা শিন্থ্রি। মীরাদি মাগী থরাইগী মপু “মাধব”কা অমতা ওইশ্রবনি। হৌজিক্তি মীরা তোঙাম্না লৈত্রে ! জগৎকী মপু ওইরবা মবুংঙো মাগা অমতা ওইনা তিন্নগে ! মন্দির মনুংদা—ঈশিংদস্থ কংকালদস্থ .তায়না ঊবা ফংগ্রবা অঙকপা মঙাল অমা ফাউরকলম্মী।

# মীরাগী ইশৈ খরা

( १ )

घड़ी एक नहिं आवड़े, तुम दरसण बिन मोय।
तुमही मेरे प्राण जी, कासू जीवण होय॥
खान न भावै नींद न आवै, विरह सतावै मोय।
घायल सी घूमत फिरू रे, मेरा दरद न जाणे कोय॥
दिवस तो खाय गमायो रे, रैण गमाई सोय।
प्राण गमायो झुरतां रे नैण गमाई रोय॥
जो मैं ऐसा जाणती रे, प्रीति किये दुख होय।
नगर ढंढोरा फेरती रे, प्रीति करो मत कोय॥
पंथ निहारूं, डगर बुहारूं, ऊभी मारग जोय।
"मीरा" के प्रभु कबरे मिलोगे, तुम मिलियां सुख होय॥

( ১ )

মিকুপ অমতম্ন নৈজদে, পোথানিংঙাই ঐহাক্কী,
উদনা ঐনা নশকপূ নহাক্কী।

নঙনা ঐগী থরাইনি, কনা-না ওইগনি হিংনকম ঐগী ॥
অচা অথক্কনু ঐডোম্দা হুংঙাইবা পীবা ঙমদেদে,
মিকুপ অমতবু অহিংদা, তুপ্পা কোবা য়াদেদে,
কায়ন'মৈচাক্ক থম্মোইবু, ততনা চাক্লিদে ঐহাক্কী ॥
কায়ন মোর — রায়রবা ঐগী থম্মোইবু পুক্লনা,
থাঙহনা কোয়চেল চেক্লিদো,
থঙবিদেদো কনা না, ঐগী রাবনু জগত্তা ॥
অয়ুক হুংখিল অনিনা, চাহনা মতম লোল্লিদো,
হ্যামদাংগী মতমা মাগী রাখন্দা তুমহন,
ঐনা মতম লেল্লিদো
ঐগী থরাই মঙানা, মাবু থম্মুনা লেল্লিদো,
ঐগী মিৎ অনিনা, কপ্পুনা ভাক্তা লেল্লিদে ॥
থঙজরে ঐনা শেংনবু, মাবু হুংশিক্কখদি য়ানখগী মশক্লি,
লাউজরি পুংজাও থীন্দুনা, হুংশিক্কহনো কনাবুম্ব ॥
নঙগী লমদাও হুগ্গরি, লম্বী থুদিংদা ভাইজরি,
নঙগী লম্বী মুংখ্রে, মিংয়েংদগী ভামখ্রে
মীরাগী থরাইগী মপু-ও!
কৈদৌঙৈবু উগবা, নঙবু উরগা ঐহাক্কী
অরাবসে হুংঙাইবা ওইনিদকো ইবুংঙো ॥

---

( २ )

हेरी मैं तो प्रेम दिवाणी, मेरा दरद न जाणे कोय।
सूली ऊपर सेज हमारी, किस बिध् सोणा होय॥
गगन मंडल पे सेज पिया की, किस बिध मिलणा होय।
घायल की गति घायल जानै, की जिन लाई होय॥
जौहरीकी गति जौहरी जाणै, की जिन जौहर होय।
दरद की मारी बन बन डोलुं बैद मिल्या नहिं कोय।
"मीरा" की प्रभु पीर मिटैगी, जब बैद संवलिया होया।

( ২ )

প্রেমদা তাওরবী ঐহাক্তি, প্রেমগী চৈনাথোনবু,
কনানা খঙ্গদগে ঐহাকী।
তা-গী তাদোন্দা হিগ্নগী, কাওবগে কনাদা চৈনাথোল॥
নোংমদোল খক্তা হিপ্লগা, মাগী শয্যা শেম্লগা,
করম্না মাগা উম্নি।
লিম্না চিকপগী হুন্দি, চিকথিবা মী-তনা খঙইদো।
পুন্সি লিশাংসিমা, মৈখক্তা হিপ্পগুম খোকইদো॥
সনাগী মগুণ খঙবদি, সনা শাবতনা তম্মিদো,
থম্মোইগী মৈচাক খাঙহনা, ওম্ব থোইনা চেনবনু,
মাইবা কনাম্বু থেংনদ্রে॥
মীরাগী থরাইগী মবুংঙো, শংবাম্বা হুংশিবা,
লওতনা ঐগী মৈচাকসে, কোকপি'ওঘা মাইবনি॥

( ६ )

बंसीवारो आयो म्हारे देस थांरी सांवरी सुरत वाली बैस।
आऊं आऊं कर गया सांवार गया कौल अनेक ।
गिणते गिणते घिस गई उंगली घिस गइ उंगली को रेख ॥
मैं बैरागिणि अदि को, थरि म्हरे कब को सतेस ।
बिन पाणी बिन साबुन सांवरा हुइ गई धुई सपेव ॥
जोगिण हुई जंमल सब हेरुं, तेरा नाम न पाया भेस ।
तेरी सुरत के कारणे, धर लिया भगवा भेस ॥
मोर मुकुट पीताम्बर सोहै, घुंघरवाला केस ।
"मीरा" को प्रभु गिरिधर मिल गये दूना बढ़ा सनेस ॥

( ৩ )

ঐগী বঁশী পায়বদো, লাক্লে ঐগী লমদমদা,
শংবাম্বা কুচুদা, নিংথিবা ফিজোল শেৎলবা ।।
লাক্নি-লাক্নি হায়রম্মী, নমথাক তৌদুনা চৎখ্রেদো ।
লৈ-ই, খেল হোৎপদা, থুদোম্বী লোয়না তুমাশিল্লে,
থুবাক মরি য়াওদরে ।
নঙগীদমক্তা ঐহাক্না, পোকপদগী হৌদুনা,
ওইরক্লি বৈরাগিণী কোবীদো ।
নঙগী নতৌ নিংথিবা, থিবদা লোয়না থাদোকচৈ,
নঙগী নপাউ তাইজরি, তাইবনা ঐগী পোত্থাকম্নি ।

ঈশিং, ফিশু হিদাকপু, য়াওদনা শংবান্নবদো,
ঙৌখরে ঐগী থম্মোইদা, অমকপা অমুবা লৈতরে ।।
যোগিণী শাহুনা চংচৈদো, উমং খুদিং থিজৈদো,
নঙগী ফিজোনবু উখিদ্রে, নশক নামং ফংখিদ্রে ।।
নঙগা উন্ননিংবনা, অমোংপা ফিজেং শেংচৈদো,
রাহোং মতুগী চুরানা, কোকথক্তা লৈতেং ওইব-ও,
সনা ফিগে ফিজোন্না, খ্বাংগী লৈতেং ওইব ও,
খোাই-খোই তাবা শম্মা না, চাইরুংগী লৈতেং ওইব-ও
মীরাগী খরাইগী মপু-ও, গিরিধারী কৌব-ও,
ফংজরে নঙবু ঙাসিদি, হুংঙাইবা দ্বিগুন ওইখরে ।।

( ৪ )

**राम मिलण रो घणो उमावो, नित उठ जोऊं बाटड़ियां।**
**दरसण बिन मोहि पल न सुहावै. कल न पड़त है आंखड़ियां॥**
**तलफ तलफ के बहु दिन बीते, पड़ी बिरह की फांसड़ियां।**
**अब तो बेगि दया कर साहिब, मैं हूं तेरी दासड़ियां॥**
**नैण दुखी दरसण को तिरसे, नाभि न बैठे सांसड़ियां।**
**रात दिवस यह आरत मेरे, कब हरि राखे पासड़ियां॥**
**लगी लगन छूटण की नहीं. अब कयों कीजै आंटड़ियां।**
**"मीरा" के प्रभु गिरिधर नागर, पूरी मन की आसड़ियां॥**

( ৪ )

সুংঙাইকম ওইরবা মাহাকপু, উম্ননবা ঙাইজৈদো,
খুবাং লাইখল তাহুদা, খুনিং কাওনা য়েংজৈদো।
উদবদা মশকপু, করিগুম্বনা থম্মোইদা।
পীবা ওমদে সুংঙাইবা ; মিৎকুপ্প ফাওবা কাউজৈদো ।।
চিনবান খ্রুক-খ্রুক কংহুনা, ঐনা মতম লেজৈদো,
কায়ন-মৈচাক্কী থৌরিন', পুনশ্রেদো থম্মোইসে ।
থৌজানবিবা য়ারে-বা, ননাই ঐবু চানবিরে ।।
থৌরাংলবী মিৎলু'নিসে, লাংতক্লনা ঙাইরিদো,
হরি নঙগী নশকপু, কদোইঙ উবা ফংগবা ।।
প্রেমগী লাংদা তাক্লরে, লাম্থোকপা ওমগনি উদরে,
শুক'কম্না করিগী ফাবিবগে মপী'জাবু ।
মীরাগী থবাইগী মবুংঙো, গিরিধারী কোৎবও,
থম্মোইগী থুম্লব আশাসে, থুংহনবিরোগবা ইবুংঙো ।।

( ५ )

पायो जी, मैंने राम रतन धन पायो ।
वस्तु अमोलक दी मेरे सतगुरु, किरपा कर अपनायो ॥
जन्म जन्म की पूंजी पाई, जग में सभी खोवायो ।
खरचै नहि कोई चोर न लेवे, दिन दिन बढ़त सवायो ॥
सत की नाव खेवटिया सतगुरु, भवसागर तर आयो ।
"मीरा" के प्रभु गिरधरनागर, हरख हरख जस गायो ॥

( ৫ )

ফজরে ওসিদি থম্মোইগী মণি, মমল নাইত্রবা রতনসে।
মমল নাইত্রবা লন'সিবু, পীনবিরে গুরুনা
থৌজানবিহুনা ঐঙোক্তা।
মপোক-মপোক খুদিংগী, তাঙারকপা ইরম্দো,
পুন্সি'সিদা ফংজরে।
মাঙহল্লিদো জগৎনা খঙদহুনা লন'সিবু।
হুরানবনা হু'ঙমদে, চথোকহনবস্থ য়াদেদো,
নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলি ঐগী পুন্সিগী প্রেম—ধন॥
প্রেমগী হিদা তোংহুনা, গুরুনা হিনাউ শাহুনা,
লঞ্জগে তাইবং ইপাকসে।
মীরাগী থব্রাইগী মবুংঙো, গিরিধারী কৌব ও
পুক্লিং তুজুং হরাওনা নঙগী নগুণ শকচগে॥

( ৬ )

बसो मेरे नैनन में नन्दलाल।
मोहनी मूरति सांवरि सूरति नैना बने बिसाल॥
अधर सुधारस मुरली राजित उर बैजन्ती माल।
छुद्रघंटिका कटि तट सोभित नूपुर सबद रसाल॥
"मीरा" प्रभु संतन सुखदाई भक्त बछल गोपाल॥

[ ৬ ]

ঐগী মিৎমুদা লৈবিয়ু, নন্দগী মচা সুংশিবা'
পুক্নিং হুনবা মশক্কি, শংবান্নবা কুচুনি,
লাওরবা মিৎস্না অনিনা, থোইনা নি'থিজব-ও।
ভাঙ্‌ন্নবা চিনবান্দা, মুরলীনা লৈতেং ওইরিবা,
বৈজন্তী লৈরাং পরেংনা, লৈতেংলি শংবান্নবা থবাক্তা।
থাং শরিক মচা মচানা, থ্বাংদা লৈতেংলিব ও,
চরণগী নূপুর শিংহুনা, হু শিনা খোঞ্জেল পোক্লিদো।
মীরাগী থরাইগী মপু ও গিরিধারী কৌব-ও,
সাধু যোগীশিংহুগী, সুংঙাইনফম ওইব ও,
ভক্তবু চানবিবা নহাক্কি, গোপগী জাত্তা পোকপ ও॥

( ৩ )

**करमगति टारे नाहि टरे।**

**सतबादी हरिचंद से राजा, नीच घर गीर भरे।**
**पांच पांडु अरु कुन्ती द्रोपती, हाड़ हिमालय गरे॥**
**जज्ञ किया बलि लेण इंद्रासन, सो पाताल घरे।**
**"मीरा" के प्रभु गिरधरनागर, विष से अमृत करे॥**

[ ৭ ]

ঐনা তৌজবা কর্ম্মগী, গাতবু কনাণা থিংগনি।
অচুম্বদা ভাংলবা নিংথৌরেল হরিশ্চন্দ্রদে,

তোল্লবা ইমুংদা লৈদ্রনা, মীনায়গুম ঈশিং হোনখিদো ।
পাণ্ডুগী মচা মঙাগী, কুন্তী দ্রৌপদী অনিগী,
শরুনা হিমালয় চীংথক্তা তাখিদো,
থঙবঃ ঙমগনি কনা-না ॥
যজ্ঞ তৌদ্রনা কংপ্রবা, ইন্দ্রগী সিংহাসন থক্তগী ;
লৈমায় 'থক্তা তারকপা কনাগুম্বস্থ য়াওইদো ।
মীরাগী থরাইগী মপূ-ও, গিরিধারী কৌব-ও
হূবু অমৃত ওইহল্লি ॥

( ৮ )

मेरे तो गिरधर गोपाल दूसरा न कोई ।
दूसरा न कोई साधो सकल लोक जोई ॥
भाई छोड्या बन्धु छोड्या सगा सोई ।
साध सङ्ग बैठ बैठ लोक लाज खोई ॥
भगत देख राजी हुई जगत देख रोई ।
अंसुवन जल सींच सींच प्रेम बेल बोई ॥
दधि मथ घृत काढ़ लियो डार दई छोई ।
राणा विष को प्यालो भेज्यो पीय मगन होई ॥
अब तो बात फैल पड़ी जाणे सब कोई ।
"मीरा" राम लगण लागी होणी होय सो होई ॥

[ ৮ ]

ঐগী হায়ববু লোইজরে গিরিধারী কোবনা,
অনিশুবা অতোপ্পা, লৈজদে ঐগী কনাস্থ !
তাইবংপান্দা লৈরি'সে ঐগী য়াওদে কনাহ্নু,
ইচিল-ইনাও থাদোকচৈ, শাগৈ-নাতৈ হুন্দোকচৈ,
কম্মিম্নবদা সাধু লম্বোইবশিংগা, লৈতরে করিম্নু ইকায়বা।
ভক্ত সাধু উরগা:, ঙৈহাক নোকচবা ফংইদো,
মপানগী জগৎপু উরগা, থম্মোই শোক্লা কপচৈদো,
প্রেম লাইজ খিক্কুনা, প্রেমগী উরী থাজৈদো ।।
মহাকীদমক থমজৈদো, যঙ্গোম মাথন থাক্কুনা,
রাণানা ঐঙোন্দা পীরৈদো, হুগী তেঙ্গোংপু থক্লবা,
অমৃতগুম ওইখিদো থকপদা ॥
মীপুম খুদিং থঙথরে, ঐগী ইরমচৎ অসিবু,
মীরাগী থরাইগী মপু-ও, গিরিধারী কোব-ও,
থোক্লরবা হায়হনি, ওইগে মথৈ ওইসন্থ ।।

( ৯ )

मीरा मगन भई हरि गुण गाय।
सांप पिटारा राणा भेज्या मीरा हाथ दियो जाय।
न्हाय धोय जब देखण लागी सालिगराम गई पाय॥
जहर का प्याला राणा भेज्या अमृत दीन्ह बनाय।
न्हाय धोय जब पीवण लागी हो अमर अंचाय॥

सूल सेज राणा ने भेजी दीज्यो मीरा सुलाय।
सांझ भई मीरा सोवण लागी मान फूल बिछाय॥
"मीरा" के प्रभु सदा सहाई राखे विघन हटाय।
भजन भाव मे मस्त डोलती गिरधर प बलि जाय॥

[ ৯ ]

হরিগী গুণবু শকপদা, মীরাগী পুক্নিং লুপচৈদে।।
চন্দন য়েন্দায় মনুংদা, লিলবু লোয়না হাপ্লগা,
থারকইদে। রাণানা, গিরিধারীদা কংনবা,
ইরু-মাইথজরগা, হাংদোক্লুনা য়েংবদি,
গিরিধারী ইবুংঙো, সালগ্রাম ওইনা ফংজৈদে।॥
থারকপা হুগী তেঙ্গোংপু, অমৃত তেঙ্গোং ওইখিদে।;
চিনবান থক্কা থোংহুনা, থক্লুবা মতম'হুদদি,
প্রেমগী ইচেল খিবিক্না, শিংলি-শিংলিদা চেনবদো,
অহোইনহুম হেঙ্গংখি॥

থোরব তাদোন খিবিক্না, ফমুং ওইনা শেমহুনা,
ঐভোন্দা হিগ্নব থারকই, মহুগী মথক্কা হিপ্লদা,
তাগী ফমুং অহুনা, লৈগী শয্যা ওইখিদে।।
মীরাগী থরাইগী মবুংঙো গিরিধারী কৌব ও,
য়েন্ন-তিঞ্চং অপুম্বা, তাম্হোকপিরে ননাইগী;
গিরিধারী কৌবদা, থরাই মঙা লুপথরে,
নঙগী নগুণ শকপদা, অঙাওবা ওইরেদো ঐহাক্তি॥

( १० )

नहिं ऐसो जन्म बारम्बार ।
क्या जानं कछु प्रकटे, मानुसा अवतार ॥
बढ़त पलपल घटत छिनछिन, चलत न लागे बार ।
बिरछ के ज्यो पात टूटे, लागे नहिं पुनि डार ॥
भौसागर अति जोर कहिये, विषय ओखी धार ।
सुरत का नर बांधे बेड़ा, बेगि उतरे पार ॥
साधु संता ते महंता, चलत करत पुकार ।
"दास मीरा" लाल गिरिधर, जीवना दिन चार ॥

[ ১০ ]

অসিগুম্বা মপোকসি, হন্না হন্না ওইররোই ।
পুণ্য কর্ম্মগী মহৈরা, খঙজরেদো ঐহাক্তি,
মীওইবা হায়বা মপোকসে, মাগী শায়োম্নি হায়নিংই ।।
মিকুপ থুদিং চাউথংলি, মিকুপ থুদিং শোন্থৈদো,
শোন্থব নাহদেদো মহাক্কী, নুংশি পামেল অদুদি ।।
উশাদগী কেনখ্রবা, অকংবা উনা অদুদি ।
অমুক হন্না উশাদা, কৈদোৌঙদা পাল্লুদে ।।
তাবঃপানবা হায়বসে, মপান নাইদবা ইপাক্লি,
বিষয়ানা ইথক ওইহুনা, ইপোম কম্না হৌরিদো;
মাগী মগুণ শকপনা, মীওইবনা উ'ভাম শাহনা
ইপাক চাংজো লাম্নৈদো ।

সাধু মহন্ত খিবিক্না, চৎন-চৎনা লাউরম্মী.
গিরিধারী কৌবগী লোয়নবী মীরা কৌবী-ও,
মরিনি ফানা লৈরোইদো, শোহ্লো হরিবু পুন্সিদ: ।।

( ११ )

मन रे परसि हरि के चरन।
सुभग सीतल कमल कोमल, त्रिविध ज्वाला हरन।
जे चरन प्रहलाद परसे इन्द्र पदवी धरन ॥
जिन चरन ध्रुव अटल कीन्हों, राखि अपने सरन।
जिन चरन ब्रह्मांड भेंट्यो, नख सिखी श्री भरन॥
जिन चरन प्रभु परसि लीने, तरी गौतम घरन।
जिन चरन कालीहि नाथ्यो, गोप लीला करन॥
जिन चरन धारयो गोबर्द्धन, गरब मघवा हरन।
"दास मीरा" लाल गिरिधर, अगम तारन तरन॥

( ১১ )

হরিগী চরণ শোক্নবা, হোৎনজো প্যাক্নং অপঙবা,
থম্বাল লৈরাংগুম পোৎলবা, ঈ:লবা চরন্নি মহাকী,
অরাবা মথল অহুম্বু. কোক্নহৈবা চরন্নি,
প্রহ্লাদনা 'হুগুথা চরনবু ফংজবনা.
ইন্দ্রগী থুভমবু লায়না ফংখিদে।।
মহাকী চরনবু ধ্রুবনা, লেঙদনা ভক্তনা কোন্দুনা,

পুন্সিগী চঃঅফম ওইজখি ।।
তাইবং পানবা পুন্নমক, অচৎ-চত্ত লৈরিবা,
মাগী চরন্দা তুংলিদে,
লক্ষ্মী কৌবী লাইরেম্বী, মশামক্না লৈডেং ওইরিদে।
মাগী চরণ ফংনবা গোতম্না তপস্যা তৌখিদে।।
মাগী চরন্না শোকপদা, তাওজ নিংথৌ কালিদে,
খুদক্তা মরু লুকখিদে।
মাগী কোকথক্তা তোংদুনা, হরিনা জগোই শাখিদে,
মাগী চরণ অনিবু. গোবর্দ্ধন চৌংহুম্না।
মকোক থোংনা পুজাখ, ইন্দ্রগী নাপল লৈয়থংখি।
মীরাগী থম্মোইগী মবুংডো, গিরিধারী কৌব-ও,
নওনা হিনাউ শাহনা, পাপী তাপী কয়াবু
তাইবং ইপাক লানবিরি ।।

( १२ )

नातो नामको मो सूं तनक न तोड्यो जाय ॥
पाना ज्यों पीली रे, लोग कहैं पिंड रोग ।
छाने लांघर मैं किया रे, राम मिलन के योग ॥
बावल बैद बुलाइया रे, पकड़ दिखाई म्हारी बांह ।
मूरख बैद मरम नहिं जाने. करक कलेजे मांहि ॥

जाओ बैद घर अपने रे, म्हारी नांव न लेय।
मैं तो दाघी बिरह की रे, काहेकूं औषद देय॥
मांस गलि गलि छीजिया रे, करक रह्या गल मांहि।
आंगुलियां की मूंदड़ी म्हारे, आवन लागी बांहि॥
रहु रहु पापी पपीहा रे पिव को नाम न लेय।
जे कोई बिरहिन साम्हले तो, पिव कारन जिव देय॥
खिन मन्दिर खिन आंगने रे, खिन खिन ठाढ़ी होया।
घायल ज्यूं घूमूं खड़ी म्हारी बिथा न बूझै कोय॥
काटि कलेजो मैं धरूं रे, कौआ तू ले जाय।
ज्यां देसां म्हारो पिव बसै रे, वे देखत तू खाय॥
म्हारे नातो नाम को रे, और न नातो कोय।
"मीर" व्याकुल बिरहिनी रे, पिय दरसन दीजो मोय॥

( ১২ )

হরিগী লৈনরুবা মরিসে, কৈদোঙ্গুংদম্ভু তংলরোই,
পান-মনাগুম তাইকেং তাই, পীত রোগনি হায়নৈদো,
ঐগী হকচাং অপূম্বা।
হরি মাবু ফংনবা, অরা ইপাক লান্নবা, হোৎনজেদো ঐহাক
লাঈনা অসি কোরুবা, কৌখিদো মাইবা অপুম্বা,
খুদাং মিহুল য়েংখিদো, অপঙবা মাইবা মখোয়না,
ঐগী লাঈনা খঙখিদে, থবাকী মিহুল য়েংখিদো॥

চংখরো মাইবা অপওব', লাম্নব হিদি পুরক্তে।
কায়নবগী লাঈনানি, কনাগী হিদাক্না ফগনি,
পুমহুনা মাওসমু হকচাংসে, মাগী মুত্তিদি লেহোরে
ঐগী কংলবা খোরীদা।
শোদোক্লে মহৌ চেন্দুনা, লোথোকপসু য়াররোই,
খুদোম্দা শিবা খুদোপসে, পাম্বোম মরু ফাওবদা
শিবা য়ারেদো কংবনা ॥

তানিংদে নোংগোবী কোবী চেক্লা ও,
কন্নাগী কোলোয়বু শকপনে,
মাগী কোলোয়দি শক্তনা, লাইজ্রবু কোদুনা লৈবদি,
মৈচাক'সি ঈংহনবা ভম্মোইদে, কায়নঙ্গবী ঐহাকপু,
হিংহনবিগে খল্লবদি মাগী কোলোয় শক্লোরাউ ।।
মুমিৎ থুদিং য়েংবদা শুমাঙ-মাঙ্গোল কংখরে,
উরুবা 'পুম্বা তুমখরে, কংল কংলগা থম্মোইদ
অহোইনহুম কল্লক্লে ॥

কায়নবগী চৈশাখোল, থোইনা ফংলে হায়রগা,
অহোইমহুম ক্লুঙ্গক্লে, থম্মোইগী অনাবা অসিবু
ওমদরে কনা'নমু কোকপিবা ॥

মপানগী কল্লবা থম্মোই-ও, লৈপাক্ল, শাবা শক-ও,
য়ানা চিক্তুনা লংথোক্কে, চাজহোরো কাক নঙনা।

ঐগী শত্রুসু চেন্দুনা, মুংশি মানা লৈরিবা,
লমদম তাম্না পুখ্রগা, মমাঙদা শেত্তুনা চারুকে,
ঐগী মরী হায়রবু, মাগা লৈনবা হায়রবু.
মাগী নামতা শোঞ্জবা, অসিতনি ঐহাকী ।
কায়নরবী "মীরা" কোবীসে, রারেদকো ইবুংঙো,
অরোইবা মতম অসিদা, অমুক্তদি উহনবিয়ু ননাইবু ।।

---

লোইরবা

